



সংগোম্বী [illegible] খাদী তবা

খোরী লাবা : চিংথাম নোদিয়া সিংহ

অকোংবা : কুমারী আনন্দীনা সি, এল,
পব্লিকেশনগী তরফতগী কোংজবা

ছাপা নক্ষম : গনেশ প্রিন্টিং,
পাওনা বাজার ইম্ফাল্ ।

মথুম মেকপা : এন, অহনজাও সিংহ,
খ্বাই নাগ থিংঙেল মরু ইম্ফাল

উমম হকপা : এন, মঙ্গী সিং,
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

খুৎনম : অহানবা ইং ১৯৮৫

মমল : নুং ৮

[illegible] : ১৩০০.

# পাউমেনজবা

"পৃথিবীগী খনগৎলবা বাগী তরা" হায়বা লাইরিক মচা অসি খুৎহৈদগী উনম তাহনা কোংদোক্লবা হোংনবদা গনেশ প্রিন্টিংগী থৌবুরোইশিংনা য়াম্না পুক্নিং চঙনা অমদি লেপ্তনা অন্নাবা কন্না থাংবিখি। মহুগী মপাম্না অতোনবা মতমগী মগুংদা পোংথোক অসি উবা ফংজখি অহুগীদমক থ্রেসকী থৌরুপ্প থাগৎ-চরি। মনিপুর স্টেট কালা একাদেমীনা গ্রান্ট ওইনা লুপা ৮০০/- শেলগী মতেং পাংবিহুনা চাদিংগী অরাবদা শরুক য়াবিবগীদমকসু বিভাগ অসিগী থৌশিল্লুপকী অঙম্বশিংবু থাগৎচরি। অহুগা মরু ওইনা মরুপ মপাং অমদি ওঝা কমানা লাইরিক অসি কোংদোকপনা ফগনি হায়না পাউতাক পীবিখি। পাউতাকশিং অহুগী শরুক ওইনা ঙসি মনিপুরগী সাহিত্যগী ঊমাংদা অনৌবাসিং থেঙোং অমসু উবা ফংজরে মরম অহুনা ওজাশিংগী মকমদা পীংদোকপা ঙমগনি হায়না থাজবা য়াৎলবা লমন তোনশিনজরে।

প্রকাশিকা

কুমারী [illegible]

# য়াহর অনিরুং

হৌজিক্কী সাহিত্যদা, ৱারী মচাগী কন্নকন য়ামনা চাওবা লৈরে। মতমগী য়াওলনা পুরকপা খুদোল অসিনা মরীক চুমনা সমাজগী সেবা তৌরি। মীওইবা পুন্সিগা ৱারীগা তংন-থানবা ইয়ং ময়াত্রে। ৱারীগী হেক্কমক্তু সমাজনি. সমাজগী পুন্সিন্তু ৱারীনি। সাহিত্যগী মথৌদি সমাজবু' নৈনবনি। অছুবু সাহিত্যগী অতৈ বিধা অমত্তনা হকথেংননা ৱারীগী মচুংশিনবা য়াদে। মীওইবনা থাইদগী হেন্না পামজবা হীরমদি মীওইবা পুন্সিগী ৱারীনি। ৱারী মচাদা হায়রিবা তত্ত্ব অসি তেম্না শন্না য়াওই অহুরু ৱাখলগী পন্রিংদি শাংই। ৱারীমচা থাদক্কী থাজ ওইরবস্তু পুংমাল লেপ্পা য়ারবা মথেল অমনি।

পৃথিবীগী সাহিত্যশিংদা মশিং লাকণ্ডমদনা লৈরবা ৱারী মচানি। তত্রাখক্তং খনগংলগা থাই তরাগী মাংদা পুরোকপা হোংনজবনি। অনোবা খুদোলনি। অমুক্তং পাল্লখংলগা মথক মখা ওন্দুনা য়েংবিবতদা হোংনজমন হৃজিন্নে লৌজগনি। নাচোম মচা অসিগী লৈচন খোন্নজিন্নবা হোংনবদা মরুওইনা গোপাল শেখরনগী "পৃথিবীগী অথোইবা ৱারী তরাহুমদোই" অহুগা অতৈ লাইব্রিক খংগগী মতেং লৌজখি। অসিগুমনা মতেং লৌজবিব-সিদা ঐনা প্রকাশক/সংকলনকর্তাশিংগী শিংন্নোকপা ওয়ারোইদবা নমন তোনশিল্লে। অহুবু অন্তর্জাতীয় সাহিত্যশিংগী অমগা অমগা ৱাখল্লোন পীন্নোক নুপিশিংগী ঈচেল পরীংদা নাচোম [illegible]ত অমতং থাদজবগা নম্বুরী চুমুম অমতং শীংন্নোকপা [illegible] হায়না থরাইগী মপুঙা থুক্কমজরি।

[illegible] তাং ২৭/১০/৮৫ ইং — অথোবা

## লেপকা দ্যুহরন ১৮৫০—১৯০৪ ইং

(জাপানগী রারী ইবা)

[দ্যুহরন হূনান্দা পোকই। ফ্রান্স অমস্তুং ইংলেন্দদা মহৈ তম্লী। মথংদা আমেরিকাদা জরনেলিষ্ট ওইখি। শিন্নকথ অসিনা মরম ওইহনা মহাক জাপান্দা চংখি। জাপানগী পুন্সিগী মরমদা ইবা মহাকী লাইরিক তরানিথোইদি য়াম্না মমিং চংলি। জাপানগী চংনবী অমদি স স্কৃতিবু নোংচুপলোমদা শন্দোকপদা দ্যুহরন্না য়াম্না চাউবা শরুক যাখি। "জগোয় শাবী" হায়বা রারী মচাসিদা মহাক্না মীওইবগী থম্মোয়দা লৈবা মুংশিবগী অশেংবা শক্তম অদু উংলি]

# জগোয় শাবী

লেপকা দ্যুহরন

অমম্বা অহিংনি, নোং থাকই। মায়-মীং পণ্ডশিমবমখৈ ইংঙবা মুংশিং শিংলি। নোংস্থ অয়েপ্পা লৈতনা চুরি। চীংলাক্না অকিবা ফংনা শুকপ্রবা উমং অমা লৈ। মকমদু য়োরকপদা লম্বী চংপা পাথং অমা লমঙাউ[illegible]। লাই য়েকপা পামজবদগী জাপানগী কোম্নুং তোকিয়ো য়োকি[illegible]প্রহনা লম্বী অহুনা লাক-পনি। মহাক ও[illegible] বায়ে। নোং মুংশিং অহুদগী চাই-হাক্কংনা ওইরবস্থ [illegible]থোক্কবা অকোয়বা অহুবাইদা হুয় [illegible] খাংগোকশঙ্কক্না লৈরক্না হায়বা কোয়থং য়েংবদা ফরিঙবা অমম্বা লৈখিয়ে। মাইগী মরিমক্না অকিবনা কোয়রে।

নীংবা কাম্নবা লমচংপা নহাক্তু চৌংগী মতোন তম্না কাখৎ-লক্লে। লম্নীদা মুংলক্তা কয়ারক নাম্বি, খুদি কয়ারক থীজিল্লি তেকথম্নকপা উশা কয়ানা ননগে তৌবদগী নাম্থোক্লবা কম্না লাক্লে, তিংখংগী উরী মরক্তা অমুকস্থু থুজিল্লি মহৃদগী নাম্থোক্লবা হোংনৈ। অদুবু মহাক পুক্নিং তপথনা অহনবা লৈতনা চংখ'লি। উচিন-নাচিম্না চৌংগী মতেন য়ৌরে। মায়গৈ মরিদা কোয়না য়েংঙি ; অদুবু নীংবা কাম্নিংঙাই ঙাক্তা ওইখ্রে। "ঙসিগী অহিং অসি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা অহিং ওইগদৌরমাল্লে" মহাক্না খল্লি—"অহৃদগীদি শিবা ···· য়াম্না নীংঙমদনা শিবা"।

মহাক্না খূরুখুদক বুল্লগা মপুগী মকমদা পার্থনা তৌননবা মখুং অনিমক ৱাংন থাম্বংলে। অহৃদগীদি পুমচিক চিকখ্রে। অকনবা মুংশিং শিংলম্বহ্ খংলেপ লেপখ্রে। নোং চুবস্থু তোকখ্রে। মনম মুংশিবা চেনবা নামিবা নুংশিং ওইনা তপ্না শিংলক্লে। ঙাইহাক্তংগী মথুংদা নোং হাইদোকখিদুনা থাবল তক্ন তক্ন থোয়ক্লম্মী। মহাক্তু খর পোংথারে। মপুক্নিংদা অনৌবা আশাগী মশেক অমা ফাওরক্লে। মহাক্না মমিং পাঙ-থোক্লগা চৌংখাদা কোয়না য়েংথখিবদা অরাপ্পদা লৈবা খাংপোকশঙ অমদা মুদি মুসি ঙানবা থাউমৈ মচা অমা উরে। হন্নাওবনা মশাদা অনৌবা পাঙ্গল অমা হাপকংখ্রে। মুক হৌগংলগা থাউমৈহ্ তম্না কুমথখ্রে। তুরোই ছামলোই চংলহুনা খাংপোক-শঙহ্ য়ৌরে। মহাক্না থোঙদা তক তক খিল্লে। মথুংদগী নৌমবা ঙৈংঙবা খোঞ্জেল অমা লাকএ—"কনা ওইবিম্নবো"?

"ঐহাক য়াম্মা চোকথরবা লম্বী চংপা অমনি, য়াবরবি কাচিন মচি অমদা ওসি অহিংসিদং লেনবা য়াবা মকম অমতং পীবিয়ু হায়জরিবা" ?

মহ তাবদা মীছুংথোঙ মচা অমা হাংদোরক্লে অহগা মনুংদগী, লাক্লিবা মীশক মীতাহ মুন্না য়েংঙে। ঙাইহাক লৈরগা থোঙ হাংঙে। "মনুংলোমদা চংশিনবিরকপা য়ানি—লেঙশিনবিয়ু"। পুক্লিং ছুরবা খোনফমহনা হায়।

লম্বী চংপা পাখংহ মনুংদা চংশিনখ্রে। অহবু অঙকপদি— মাবু কৌশিল্লিবীদো থম্বাল মানবী, লময়ৌনা ফজবী মৌনহা অমা ওইরম্মে। মহাক্না নমস্তে তৌখি।

নমস্তে ওক্লগা হায়রকই—'ঐদি মফমসিদা ইভোমতা লৈবিনি। ফমুং অমখক্তা থাই। নহাক মসিদা পোংথারো করিমতা চিংনগনু। ঐদি করিস্থ নুংঙাইতবা, রাবা লৈতে। অহগা ঐদি অহিং পুম্নমকসি ইতুম তুমদনা লেপ্লী। নহাকী চানবা খজিক্তং থোংঙ খিগে"। শকহেনবীহ মনুংলোমদা চংখ্রে। পাখংহ ওকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মানা খল্লি 'অসিয়ৌনা শোঙগ্রবা অকিবগী মশক ওইরবা জঙ্গল অস্রিদা অমুক ফজরবী, নহা ওইস্লিবী অসিনা মতৌ করম্না মভোমতা লৈ[illegible]রা। করম্বা অথুম্না থৈরোল অমা লৈবা [illegible]—ভাব তাদে।

তানজাহদা সুপীহনা[illegible]জী চা-নবা পুরক্লে। পাখংহ চাক চাংব চাংম হায়রিবা রাখল অহ অহুম খল্লি। চাক চারে। সুপীহনা য়াম্ন পুক্লিং শেংব কম্না হায়জবদগী পাখংহ ফমুংছুনা

হিপলে। ৱারবা হকচাংনি। হেক তাবগা তুম্বা য়ারবনি অদুবু তুম্বা য়াদ্রে। মহাক তুমিন্না পাখোং অমা ফোংবা ওমত্রা য়েংখি। মমৈদা তুমনিংবনা নমহৎতুনা মহাক তুমখ্রে।

কম্না কুইনা তুমথরুরবনো হায়বস্নু খংহৌদ্রে। অঙকপা মখোল অমনা পাখংদু তুম্বা কায়রে। হৌগংলগা ফমুংদা ফম্মে। মাগী লুখুমলোম থ,বা নাকন্দু পর্দা অমনা থুংনা খজিন্দ্রনা লৈরম্মী। মখোন্দু পর্দা মরুমরলামদগী লাকপনি, মহাক্না য়ুম মমুংদা হুরানবা চংবোই নীংদুনা কোয়য়েং য়েংঙগা পর্দাগী মরুমলোমদা চংশিনখ্রে। কাদুদা ওইরম্বা ফিভমদু উবদনা পাখংদু ঙকখিবনা মশাদু কাউখ্রে, উতিংবগুম লেপ্তুনা লৈখ্রে।

মমাংদা বুদ্ধদেবগী মুর্তি অমা লৈ। মদুগী মনাক্তা পাখং অমগী অয়েকপা শক্তম অমস্নু লৈ। মথল কয়াগী লৈ পরেং ময়াম অমস্নু মমাংদা লৈ্রে। শকহেনবীদুনা মুর্তিদুগী মাংদা পুক্লিং চগুনা ফজনা কেরদুনা জগোয় শারি। জগোয়দু য়েংবদা লম্বী চৎপা নহাদু গুমহংগ্রে। নুপীদুনস্নু জগোয়দা পুক্লিং লুপখিবনা কনাবুস্নু উখিদে। মিকুপ খরগী তুংদা জগোয়গী সাথেক ওল্লকপদা শকহেনবীদুগী মিৎকমদু নহাদুগী মায়থোংদা তাক্লরে। মহাক জগোয় শাবা তোকখ্রে। অহানবদদি শাউরংননা ঙৈই অদুবু মোমোন নোক্তুনা হায়রকই—'ঝাম্মৌবিম্ব। ঐনা নহাক্কী তুম্বা থুগায়রে ঐ য়াম্না ইকায়রে। মসিগীদমক ঙাকপিয়ু"।

পাখংদু মঙকাওনবগুম ইঙাও\ঙাওখ্রে। য়াম্না লুংঙাইতনা হায়রকই—"নহাক্কী অচিকপদা-পাংথোকচবা- থৌম্নাংনি ঐনা

থুগায়রে। মসিগীদমক তাকপিয়ু ঐ য়ায়া ইকায়রে"। অদুবু মহাক্তি জগোয় শাবা য়ায়া নিংথিনা হৈরেদা? খাংপোকশঙ অসি মহাক্না লৈবদা মত্তিক চাদে। মসিদা কমদৌনা ........? "অহোয়! ঐসি জগোয় শাবী অমনি। তোকিয়োদা মসিং চংপী। মহারাজ অমদি ফম্নাই-কম্নাইবশিংগী সভাদা ঐ জগোয় শাই ..... অদুদা ........"। মহাক য়া তাখিরে অরাবা রাখল অমনা মহাক মমায় লুকথরে।

পাখংহুনা হংঙকই—"অদুদা .... হায়বদি"? শকহেনবীহুনা মমায় হাইগংলগা হায়—'মহাক্না ঐগী য়ারী তাবিনিংলবদি মথংগী কাদা লেংঙসি ঐ লীগে"। মথংগী কাদা মথোয়নিহু চংশিনরে। পাখংহুনা ফমুংদা ফম্মে। জুপীহুনা করাংদা তম্মুনা লেপ্লগা য়ারীহু লীরকই—"চহি অমিয়োমগী মমাংগী য়ানি। ঐ অসি জগোয় শাবদা তোকিয়োদা শেং কায়মা ফাওরম্মী। অচৌ-অশাং অমদি মহাজনশিংনা ঐবু কৌবা ফংঙবদি মীয়াংদা পোঙজরম্মী। অদুবু থঙহৌদনা ঐগী পুন্সিদা পাখং অমং চঙকথি। মহাক ঐগী জগোয়দা তাওরে, শুমহৎরে। মহাক ঐগী য়ুমদা তোয়না লাকপা হৌরে। মতম শাংনা লোয়নররু-বহুদা মরুপ মপাং ওইনা চান্নরম্মী অমেদদি লুংশিনররে। অমনা অমবু উদবদা অরাবা ওইরে। অহল-লমমা য়াদথগী মায়রোক্না ঐখোয়নি লুহোংঙে। চহি অমরোমদি ঐখোয় য়ায়া লুংঙাইনা লৈরে। অদুবু চহি অমগী মতুংদা ..... ... ....." লুংঙাইতবনা য়া তাংবা ওইখিরে। মখোয়দু নীকু নীকু হায়রকই—[illegible]গী কাম

হায়বা লাইহুনা মহাকপু এঙোন্দগা মুনখ্রে। মহাক নৌনা নোঙ্গাখ্রে"। ঐগী জগোয়দা মহাক মথরায় লুপলম্মী। অহুনা অহং যুাদংদা। কজেং লৈতেংলগা ঐনা জগোয় শারিবনি মরমদি মসিদগী মাগী আস্থাহু পেনবা ৱইরসমু।

পাখংহু মুভিগী মতৌগুম তুমিন্না কমহুনা অরাবগী মশক ওইরবা ৱারীহু তরম্মী। মমিংতগী মপি তাখিবা খংহৌদ্রে। মহু উবদা জগোয়শাবীহুনা হায়রকই—"ইহৈ! ঐনা নহাকপু ৱান্না ৱাহনখ্রে ৱারৌবিগনু"। পাখংহু তুমিন্না জাগায়শাবীগী নীংবা কায়রবা মায়থোংহু য়েংহুনা লৈখি।

চহি নিফুগী মতুংনি। লম্বী চংপা পাখংহু লাইয়েকপাদা অকাওবা অমা ওইখ্রে। তোকিয়োগী মকম খুদিংমক্তা মাগী চিত্রকল্লাবু শীংথানৈ। জাপানগী চেকোং খুদিংমক্তা মহাক্কী লাইয়েকপগী মরমদা থাগৎনরম্মী। মতম অহু জাপানগী অচৌ অশা, কম্মাইবশিংনা শেল য়াম্না পীহুনা মঙোন্দা মাগী মাগী মশক হেক হেক য়েকথোকনহল্লি। নোংমা মাগী লাইয়েকশঙদা মহাক্না ইমাকখুনবা নিপা ঙমগী শক্তম য়েক্নুনা লৈরম্মী মতমহুদা মাগী সেবক অমনা হায়রৈ—"ওঝাবু! হন্নুবী অমথক ওঝাগা উননিংঙি হায়হুনা লাকপসি ঙসি নিনি-হমনি শুরে ঐখোয়না থৈদোক্নুনা হেক হেক হলহনখিবনি অহুবু ঙসিসি ওঝাদা তাকচগে লাকচরিবসিনি। কিমন শেগায়-তুথায় শেংলি য়ম্মা নংবা ওইরমাক্লে"।

লাইয়েকপহুনা খুংঙাইত্তনা খুম্মকই—"ঐনা মখোয়বু চাবা

ফজদবা ছুইগী মতোংদোনা লায়রবা অতোনবা মীবু চঙ্ককহ্নরক্ক হায়খিব্রা"? চংলু! হৌজিকমক হনুবীহু কৌসিল্লকউ। সেবক অহুনা হনুবীহু কৌসিল্লুরে। চিত্রকারহুনা মাবু য়াম্না ইকায় খুম্নজ্জা কমহল্লবা মতুংদা মহাক্না লাকপগী মরম হংখি—হনুবীহুনা অহান-বদা মহাকপু লুনা তৌবীরম্বহুগীদমক চিত্রকারবু থাগংলে। অহুগা হায়রকই—"ঐগী শক্তম অমতং য়েকহনজনিংঙি। হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিগী নত্তে। নহা ওইরিঙৈ শক ফজরিঙৈ মতমগী শকফমহুগীনি"।

লাইয়েকপহুনা নুপীহুদা মুম্না য়েংঙি ···· ····। "নহা ওইরিঙৈগী ফিজোল অহুদ দি লৈরি। মসি শেংলগা মওং তানা লেপ্পা ঐগী শক্তমহু য়েকপিয়ু। মমল পীনিংঙাইদি লৈজদে অহুনা ফিজোল অসি নত্তোন্দা কংথে কলম্মনি। মসি নহাক্না অরিবা পোৎ লীহুনা থম্লদোনা থমহৌরো"। হনুবীহুনা ফিরোল-শিংহু লৌথোকলকলে।

লাইয়েকপহু পুমঙক ঙকখ্রে—"এঃ নহাকপু ···· ?"

হনুবীহুনা হঙোইরপনা—"অহোয়! ঐনি ····" "মহাক ঐবু শক খংঙিব্রা? নোংমা অহিং অমা, লম্বী চংপা নহা অমথক, লমঙাওমবা মতম্দা নহাকী মুমদা লেকখিবা অহু নিং-শিংঙিব্রা"? লাইয়েকপহুনা হংঙি।

হনুবীহুনা হায়—"হোয়! লাহনা ঐবু নহাকী ননাক ম্নোনবা লম্বী চুম্না তাকপিরে। ঐস্বু নংগী ননাক্না থংগ্ত্রে।

ঐগী য়ুমদা লেকখিবা অফিং অহুদা নংনা উখিব। ঐগী জগোয় শাবগী শক্তম অহুমক মান্না শক্তম অমত্তং য়েকশিন্নু"।

"হোয়! ঐ শোয়দনা য়েকথোকচগে"। অদো হেং ফজিক মহাক মফম কদাইদা লৈবগে?

"ঐ মহু হায়নিংদ্রে। ঐনা লৈরিবা মফমহু নঙোন্দা খংহনবা য়াবা মফম ওইদ্রে"।

মুমিং খরগী মনুংদা হনুবীহুগী নহা ওইরিঙৈগী ফজবা শক্তমহু চিত্রকারহুনা য়েকথোকশিরে। লাইয়েকপহুনা মহাক্না হৈজবী থাহুনা য়েকপা শকহেনবীনা জগোয় শাহুনা লৈবগী অয়েকপা চিত্রহু য়েংবদা থঙ্গেশেংনা অহিংবমক ওইরবোই নীংঙি। মসিনা চিত্রকারহুগী খ্বাইদগী হেন্না ফজবা কলা কৃতিনি।

হনুবীহু লাইয়েক অহু লৌবা লাকলে। মহাক্না লাইয়েকপা অহুবু য়াম্না থাগৎলে। অহুগা মাগী ফিজোন্দু পীথোক্লে। মত্তে, মত্তে, ঐ ফিহু লৌরোই, নহাক অহুমক থমজো নিপাহুনা হায়। "মসি হৌজিক ঐঙোন্দা থম্মগা করি তৌনক্লগনি। নহাক্না অরিবা পোৎ ওইনা লৌহুনা থমহৌরো"। হায়রম্মগা হনুবীহু চৎখ্রে।

লাইয়েকপহুনা সেবক অমবু হনুবীহুগী লৈফম খংননবা থারম্মী সেবক অহুনা হল্লক্লগা হায়রে— "সহরগী য়াংমদা লৈবা চাকনিবশিংগী লৈকায়হুগী য়ুম অমদা লৈ" মথংগী মুমিংত্তা লাইয়েকপহুনা শগোল গাড়ী অমা লেক্লগা ফিরোল পোৎ-চৈ অমম্মুং শেল পুহুনা হনুবীহুগী য়ুমহু তান্না লাক্লে। হনুবীহুগী

অরোইবা পুন্সিগী মতম খজিক্তা ওইরবসু নুংঙাইনা লেনজসনু হায়না লাইয়েকপত্নুনা থল্লম্মী।

হনুবীগী য়ুমহু পুমচিক চিকপ্রে। কৌবদসু কনামত্তা খুম-লক্রে। চিত্রকারহু মনুংদা চংশিনপ্রে। য়ুমহুগী নাকল অমদা ভগবান বুদ্ধগী মুর্ত্তি, মহুগী মনাক্তা মাগী নুংশিজরবা মপুরোই-বহুগী অয়েকপা শক্তমহু থম্মী। মহুগী মমাংদা মহাকক্কী ওরাংদা পুখিবা জগোয় শাবীগী অয়েকপা লাইহু মমায় ওন্সিল্লগা নিংথিনা থম্মী। হনুবীহুদি মাগী কমুংহুদা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানপ্রে!

মপুরোইবগী আত্মাশান্তিগীদমক পুন্সি চুম্না জগোয় শাবকপহু হৌজিক্তি মাগী হকচাংদা মহুগী পাজল লৈত্রে হায়বসি খংলহুনা মাগী মহুত্তা নিংথিজরবা জগোয় শাবগী শক্তমহু মপুরোইবগী সেবাগীদমক কংথোকলম্মগা হনুবীদো সংসার থাদোকখিরম্মী।

———



## মেক্সিম গোর্কী শোক ১৮৬৪—১৯৩৬

[ গোর্কী সোভিয়েৎ দেশগী অথোইবা লেখক অমনি। চহি নিপাল শুরকপা মতমদা মমা মপা লৈখিদ্রে। তাইবংপানবগী অরাবা ময়াম্না মহাকপু ব রী ইবা অমা ওইহনখি। মহাক্কী বারী অমদি উপন্যাসশিংদা য়াম্না থম্মোয় শোক্না মীংঙমদবা মুংশিবা অমস্মুং অন্যায়বু তুক্কচবা রাখর্লনা থল্লী। সমাজদা শোংথহৌরবা কাংবুগী ফিভম শীংথাবদা মহাক্কা পাবীনবা লেখক লৈতে। মহাক রুসকী ক্রান্তিগী লুচিংবনি। মহাক্কী "মাদর" পৃথিবীগী অথোইবা উপন্যাসশিংগী মরক্তা অমনি।

গোর্কীনা মীওইবগী তুংগী পুন্সিদা য়াইফবা লাকনী হায়না থাজে। "শরদকী অহিং অমা" হায়বা বারী অসি মীওইবগী মফমদা মুংশিবা অমস্মুং থোজাল হৈবগী ফজরবা খূদম অমনি।]

# শরদ থাগী অহিং অমা

মেক্সিম গোর্কী (রুস)

শরদ ঋতুগী মতমনি। নোংমা ঐহাক হকচাংস্থু কয়া ঙমদে অহুগা রাখলস্থু মুংঙাইত্তনা লৈরম্মী। ঐনা থুংঙরিবা সহরহুদা খংনচান্নবস্থু কনাঅতা লৈতে। মুমিদাং অহুগী চান-থক্লবা পোং লৈনবা ফুরিংখাঙাদা পাই অমকাও য়াওদ্রে। ফিরোল অথোইবা শর.লৈরম্হুস্থু ঙরাং মহাল লোইনা য়োনখ্রে। ঐ

মহরক্তু থাদোক্লগা সমক্রদগী লাকপা জহাক থাকম লৈবা মকম-দোমদা লাক্লে। ইপানথাদা জহাজ তোয়না থাংডিন্নৈদদি য়াম্না ল্যাংবা মীয়াম তিনবা মফমনি। ওক্টোবর থাগী মমৈ ওইশিল্লক-পাদগীদি মফমহু পুমচিক চিকখ্রে। মী লৈখিদ্রে।

চোংলি চোংলি তৌবা লৈদ্রোইদু খোঙনা হাইদোক হাই-দোক্লুনা মন্নুংদা করিগুম্বা চাবা য়াবা পোংকা লৈত্রা হায়না য়েংহুনা চংলম্মী। অহাংবা য়ুম অমদি গুদামশি দম্বু চংহুনা য়েংঙম্মী। কনাগুম্বনা হৌজিকসিদা পুক থন্না চানবা কা পিবা থোক্লবদি কয়াদ নুংঙাইগবা হায়না খন্দুনা চংলি। হৌজিক্কী চাউখংলবনি হায়রিবা য়ুগ অসিনদি হকচাংগী অরাম্বদি পাক কোকহনবা য়াদে পুক্লিংগী অরাম্বদি ঙাইহাক্তদা কোকই। লমজাওদা লৈরক্তা চংলবস্তু ফজ-ফজরবা ক্লুরা দলান অমস্তুং হৈকোল-লৈকোম্নচিংবা উগনি। মহুদা পুক্লিংগী অরাম্বা কোক-খিবগা লোয়ননা য়ুম ফজবা শাবা, অনা লায়েংবা তম্বা অসিন-চিংবগী রাখলস্তু পোকই। অহুদগী ফজবা ফিরেল শেংপা মীওই কয়াস্তু চংপা উগনি মখোয়না কদৌহৈদস্তু অনংবা অতোনবগী রাখল তৌবিরোই, য়েংস্তু য়েংবিরোই। অওইরমক্তি মরুক থবা চাবা ফংবা মীওই অমগী পুকচেন্দগী পুক থন্না চাবা ফংদবা মীওই অমগী পুকচেন্না মীমুংশি লৈবা হেল্লি।

মুম্নিদাংব্রাই ওইরক্লে। নোংস্তু চুরি। অরাং মইগৈদগী অকিবগী মশক ওইরবা মুংশিং শিংলকই। য়ুম অহাংবহু ফাও-দোক্লুনা শিংপহুদা অকিবা ফংবা মখোলস্তু থোকই। তুয়েন্দা

ঈথক রাংনা-রাংনা হৌই অদুগা লৈরায়দা বোম বোম থেংজিল্লগা কোঙ্গোল ওন ওন্দুনা চেন্তখি। অস্তুম্না ঈথকশিংদু অমম্বদা চিক-মাংনখি। তুরেন্দুস্ত ইংথমথাগী অইংবদু উবদা কিদুনা চেনখিবগুম তৌই। অরাংলোমগী উন পূবা মুংশিংনা উনগী থৌরিনা পুনবিরগদ্রা হায়না তুরেন্দনা চিংনবা পোকএ। নোংদোন অমম্বা মথক্তগী লিক্লা মরিক মরিক তারকই। প্রকৃতিগী অরাবা ঈশৈদু উনা য়াওদ্রবা উয়ুম পাম্বী অনিগা হি অমনবা অমগনা অমুক্তা মতাং চানহল্লে।

মথক-মখা ওষ্মোক্লবা হি অমনবদুগা অরিবা মশক খিরবা উয়ুম পাম্বী অনিহুনে অকুমদু অরাংগী মুংশিং অঙৈংবনা তমথীনা ওংপিরম্বী। পোং খুদিংমক মথরায় পূবা ভমজদ্রে শিরুম-নারুম তৌরে। পোংচৈ পুম্নমক শিবা হোরে ঐস্মু ঃশিরগদমাল্লে নিংঙে। মতম অদু ঐ চহি ১৮ গুম্বা শুরে কয়াদা মুংঙাইগ্রবা মতমনো। ঐ অঙৈংবা লৈঙোই অচোংপা মথক্তুদা য়াম্না লাপনা চংলে। লাম্বগা ঈংবগনা খদাং কপ কপ নীকগ্রে। ঐনা অহাংবা খোনচ (অচাপোং থম্নবা উপু) অমগী কাচিন কোয়াদা চাম-থক্লবা পোংককা লৈব্রা য়েংঙি। নাকল অমরোমদা য়েংথোকখিবদা মীগী শরুম অমা উরে। মাগী মুপীগী ফিজেৎ অদু নোংমা ইচো চোংলে। ঐনা মাগী মতৌদু মুম্না য়েংঙম্বী মহাক্ল, তৌরিবা লৈঙোয়দা কোম হনবা ওইনম্মু উই। মনাক্তা চংশিল্লগা ঐন হংঙি ঃ— "নংবু করি তৌরিবনো"?

মহাক্ষ খুংলাক্তি লাক্লরম্বা হৌগংলে। ঐঙোন্দা মাম্না অদুক্কিম মিংয়েংনা য়েংঙগা লেপখি। মহাক্কী চিক্লমহৌ ঐগী চহি, লেংখ্র ওইরুস্কু তৈট্টু। মখাইবক থৗরদগী হায়নগুম্না মাগী মমায়দা অশংবা মচুগী অপাং অশংবা দাকফম মরম অতুমক লৈ। মতুম্না মমায়দু ফজম্লগে, অদুমক ওইরবস্তু হায়রিবা দাক মমমক্লি দু চং চপ মান্নবা মিংকী মখাদা অমি অমা মথক্তা অম্না মাক্লম অমদগী নাকন অমফাও থুনা থুনা চিঙি। কম্মাগী ঙা হৈরম-হৈফাক্কুমগী ফজবা হেক হেক্ক মাংহনগনবা বলাক্তবা অমনা তৌবা মাল্লি।

মহাক ঐঙোন্দা য়েংঙি। কিবদি খর কিবগুম তৌরে। মথুংনা লৈঙোই কনথেক্লগা মকেককী রুমাল অহু চেংনা পুনশিল্লে অহুগা হায়রকই— "নহ বম্ম ঐদোনা অচ পোংখিবা মাল্লি। মকম অসি তৌথোকপ্ত, সিদ্দল্লি। ঐগী খুং অমি য়াগ্রে হায়রে"। মহাক্তা 'খোনচা' অমদা খুং থিল্লগা হায়কই— "মফম অসিদা জুল শোয়দনা লৈরমগনি। য়েনশা স্থু লৈরম্বা মাই। মপুহনা খোনচা অসি হৌদ্দিক্তা কম্মগনি"।

ঐ লৈরাক কম্মা তৌথোকপা হৌরে। ঙাইহাক লৈয়গা মহাকস্থু ইনাক্তা চ লক্লগা লৈবাক তৌবা য়াওররে। ঐখোয় খবক ওমিন্নরে। অথং অহৈশিংনা হায়নবা, হায়বদি মীওইবা ঐখোয়ল্লি মতম অম্মাম্নদা ইশাগী বাথল, লন-থুম, ওমদি লমচং য়াথহাক, নীতি-নিয়ম খক কাউরোইদবনি অহুবু ঐদি মতম অহুদা হায়রিবা বাথল মমামত অমতা নিংশিংলমদ্রে। খোনা হায়রবদা

মীওইবগী. সংসারগী রাথল পুম্নমক থাদোক্লগা খোনচা অদুদা করি পোং য়াওরমগদগে হায়বা ডাক্ত খল্লম্মী।

অস্থুম অস্থুম মমশিল্লকএ। লৈচিনস্ত কুংবা হেনজিল্লকই। ঈথকস্থ মখোল হোৌবা হেল্লবলে। নোংস্থ কম্না চুশিল্লক্লে। মরক মরক্তা চৌকিদারশিংনা লাউরকপগী মখোল তারম্মী। "মহাগী মথা য়েঁগ্রিব্রা"? মহাক্লা তপ্পা হংডি। ঐ ভাব তাদ্রহুনা পাউথুম পীদ্রে।

"খোনচা সিগী মথাগী কাংখোং ফংগ্রিব্রা" হায়বনি? কোমদা পংতৌদা তৌথোকপা খোনচা মথ দা থ.বা উপাক অহু ফাওবা তৌথোকউরগা কলদি কয়িমতা ফংদহুনা অরেম্বদা য়াহুনা তোকদ্রা? অহুগী শরুকপুদি সো অসি ফককায়বনা শমগনি থল্লি"।

মুপীদগী অফবা রাথলসি তৌয়না ফংদে। অহুবু ইখন-খন্দবা অহুগা ঈকং-ফংদবদি নত্তে। ঐস্ত অহুগুম্বা অফবা রাথলহুবুদি য়ানিংডি অমস্থুং মহু থবক ওইনা পা থোক্লবস্ত হোংনৈ। ঐনা সোহু কম্না মুকথায়হুনা পুনাগা কোম্ননা কুকতংলে। মহু উবদা মহাক চংশিল্লক্লে অহুগা হায়রকই—"ন দি চেকতুমগা ম ম্ননা কল্লিহৈ"।

ঙসি মুপী অমগী মচিন্নগী থে'রকপা থাগং রাহৈসি ঐগুম্বা মিপা অমদদি লুহোংবগী কোম্বেংতগী হেম্না মমল লৈদ্রে। রাহৈশিং অহুদা হৌজিককী অমস্থং হৌখিবা মতমগী রাথল্লোল য়াওরে। ঐ অসি হায়দি নাতৌ চাদবা মীতা ওইনা তৌই

অহুবু হৌজিক্তি ভাব য়াম্না তারে অহুনা মামা থাগৎপহুনা ঐঙোন্দা থোইদোক্না ভাব কায়হন্দে। ঐনা য়াম্না ল্যাংতকুনা হংঙি— "মসিগী মন্নুংদা করিবু য়াওবা উবগেনে" ?

মহাক্না ফিভম ইকায় কায়দনা পোৎ পুম্নমক মশিং থিবা হৌরে— "লিক্তি হাপ্না থুম্ম্ক মচা অমা, মতু চোম্বা ফিগী ছাতিন অমা, ম্রোংকী বালতিন অমা"।

চান-থকুবা পোৎতি য়'ওদে। ঐগী আশাদি কায়রে। অহুবু মহাক্না য়াম্না থৌন গা লোয়ননা হায়রকই— "এ। সিদা লৈরে"।

"করিনো" ?

"তননি! তন অমা। ইহে; মসিদি চোৎলেদো"। মহাক্না মহু ঐঙোল্লোমদা লংশিল্লক্লে। মাস্নু ঐগী ইনাক্তা লাকএ। ঐনা তন অহু ত থায় অমা চিক্তুনা শায়বা হৌরে।

"ঐঙোন্দস্নু মচেৎ অমা পীরকউদনা? ঐখোয় মথমসিদা লৈবদি চুমদ্রে অহুবু কদোমদানামে ঐখোয়না চৎকদবসি"? মায়গৈ মরিমক মমশিনখ্রে। চোংলি চোৎলিস্নু তৌরে। ঈরাওখোলস্নু তারি।

"এঃ আদা হি অমা উপ্তুনা লৈরে। লাকও মসি তাম্না হেকমচৎলসি"। ঐখোয় -চৎলে তনস্নু চায়। নোংস্নু কন-শিল্লক্লে। তুরেনগী মখোনস্নু কনথলেক্লে। মায়গৈ মরিমক্তা মথৌল থোকপা মুংশিং শিংলি। অকিবগী মশক ওইরাদা

হুইংচাবুরা মংশিং ওন্দনা শরংখাঙদু করেমরজুম তৌরি। মখোল্লাহু ত্রাবদা ঐগী থম্মোয়দি রিত্রনা নিংখ্রে। অদুবু ঐখোয় তল কা চারনা চংলি নুপীতু ঐগী ওয়রেম্মদা তুমিন্না চংলি।

"কল্লিং করি কৌই"? ঐনা হংজি।

"নাতাশা" মহাক্কা তম্না খুম্মী। ঐ মহুত্তান্দা মুমা য়েংঙি ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না য়ুংঙাইতবা চৈনা অমা ফাওখি। ঐ অমাঙ্গরোমদা য়েংথোকই। লাইবক থীবা অমসুং তম্মথিবা লাইহুনা ঐঙোন্দা য়েং য়েংতুনা মুংশি হৈতনা নোক্করিম্লে থল্লে।

নো অতু হিগী মমঙ্গন উপাক মথক্তুদা মখোম থেক্কা কন্না চুরি। মহুগী তপ তপ লাওবা মখোন্দুনা পুক্লিংদা য়েক্না য়াহল্লি। হি অকায়বমরক্তা নুংশিংবা শিংচিনবরুদা অঙকপা অমদি অকিবগী মশাক ওইবা খেন্নোক অমা থোকহল্লি। তুরেলগী ঈথকশিংসু লৈরাম্নদা ফুজিল্লি মহুদগী থোরক্কপা। মখো-লহুম্মু নীবা কায়নিংঙাইহৈনি, কনাগুম্মনা ক্ষরাবনা থল্লবা পুন্সি য়ারী লীবদা অতাবা কাংবুনা মথোনা মাংবগী মতৌগুম ঈরাওখোল অদুনা থম্মোয়দা অকিবা কাওহল্লি। ঈথকশিংনা কায়রবা হিহুদা হল্লা হল্লা ফুজিল্লি, লৈরাইদগী থোরক্কপা নাহেং খোল অমি নোংজুপাদগীনা নিংথমথা কাওবা থোক্কুনা লৈবা মরমা খুত্তুম্মু যাওনবা বারে। তুরেল মথক্কা লৈচিম্না শিরবগী

চান্দব অগোম শাবি। কোঙোম্না থল্লবা ঈমায়থক্তগী লুংশিংনা মতুংপা লৈতনা শিংলি। হিগী মকমদা লুমখিবা চোংথা চোংলে, চানবগী নংরে। লুংশিং লৈবনে মোং চোংপনে—ঐথোয় অমে ঈংবনা থক থক নিকরে। ঐদি উইনিংঙক্তএ। নাতাবানি মথুংনা থুকউ পুলে। মকোক্না থুকউ মনক্তা লুকখ্রপা। হিনা ঙাহনা কপি। মমিংতু তুরেললোমদা চাগদগুম য়েংলি। মহাক্কী শকক মহুনা তুমিন্না লেংদনা কমহুনা লৈবহু উবদা হক্কোইবা অমা কাওরকই। ঐ মতোম্দা রারী শানিংঙি অহুমু কবি হায়রিংগে খংদ্রে—

মহাক মশানা য়া ঙাংবা হৌরকই—

"পুক্নি হায়বদি কয়াদা অরাবগী, মশক ওইপ্রবানো"? মহাক্না য়ান্না শেনা থাজবগা লোয়নন্না হায়রকই। য়াকংপগী য়াদি নত্তে। অহুগা মহাক্কী য়হৈ অসিনা হায়প্রিবা য়াকমহু অশেংবমক ওইরবোই নীংহল্লে। মহাক্কী থয়ায় মচাহুনা থগূবা ঙম্বা য়াখলগী ঙমখৈদগী কংজবা থরহ 'অস্থপকী মতিক থাজবা ফোংদোকলকপনা মহু চুপ্পী নম্রগা চুমদে হায়বা মোং পীনিংদ্রে। মোং পীবা তারবদি মাগীহুগা মান্নদনবা য়ারোল অমা শেম-দোকপা তাই। অহুনা ঐ তুমিন্না লৈরে। মহাকসু হানগুম লেংদনা কম্নি।

"ঐখোয়না পুক্নি অম্বিবু অরাবনি মক্রপা লুংঙাইবনি হায়না কনা হায়রকরবসু মহু থক ওইরোই। নাতাসানা অমুক হায়রকই। হৌজিকসু মহাক্না য়াকংপগী মওংদা হায়বা নত্তে। মহাক্কী

রাকম অসিগী মরুমদা মাগী পুন্সিবু থম্বগুম তোই। পুন্সিগী লৌবম মীনোক অসিদগী ইশাবু কন্নবগীদমক তুমিন্না অরাবা খাংহুনা লেনবা নগুনা অতৈ করিস্থু তৌমিংঙাই লৈতে হায়বসি নাতাগাম্মা খাজরম্মী।

মহাক্কী অশেংবা রাথল্লোন অহুনা ঐবুস্থু য়াম্না রাহল্লম্মী। ঐ তুমিন্না রাখল তৌহুনা লৈরবদি কপথোরকপস্থু য়াই। মুপী অমগী মক্কাংদা মহাক্কদি কশক্কগা ঐনা কপখোরকপা থোক্লবদি কয়াদা ইকাইমিংঙাইনো ঐ মাপা রাক্সী শাগে খল্লে।

“কনানেনো নহাকপু ফুই হায়বদো”? ঐনা মাগী অৱপ্পা য়ারোল থংনিংহুনা হংঙি।

“মসি পুম্নমকসে পাশকা’গী কুপাদগীনি”। মানা খুম্মী।

“অদু মাবু কনাগোনে”?

“ঐগা মুংশিনবনি। মহাক শম ককপগী থবক তৌবা মীনি”।

“অদুবু মানা নংবু অদুম হায়না হেক হেক কুত্রা”?

“ও. য়ু ঙ ওরবদি অদুম হায়না হেক্লা তৌই”।

হৌজিক মহাক ঐঙোন্দা য়ুম্না য়েংঙগা মাগী অমদি পাশকাগী মরমদা রারী শাবা হৌরে। “মহাক হজামনি, মাগী মকোই ঙ’ঙি। সিতার য়ম্না ফজনা খোংবা ঙম্মী, ঐগী ইনাক্কা হেক হেক লাকই। মকি মরোল য়াম্না নান্না শেংলি। রুবল ১ঃ পীবা রেষ্ট্র কোং অমা লিংলি। মতু পানবা বুং অমা তোংঙি। মহাক ঐবু উরগা য়াম্না হরাওই”। হায়রিবা সম্পাতি জনিন্না নাতাগাবু গুমহংলম্মী। মহাক্না নাতাগাবু খাজহল্লগা মদল মথুম

লোইনা শিজিন্নথোকশিন্নবী। মহাক্না মুপী কোর্ম্রবনি মাতাসা থোইনা শাউরোইন্নবনি। অন্নবু হৌজিক্তি মাআসাবা কাক্সী রাখিল থোইনা থম্রে।

"ঐ ইশক থীবস্থু নত্তে, ঐবু থাদোক্লগা অতোপ্পা থিবসিবু ঐবু ইকায়বা পীবা নম্রা? ঐবু করেম্নবনি! ফত্তবদো! ঙসাং ঐনা ঐগী মহাজন্দগী ছুটি লৌরগা মাগী মনাক্তা চৎলুই। মতম্ম্রা দিমকানা য়ু ঙাওরি পাশকানা ভুরেন্দা টক্লপা মুংঙহিরবী! ঐনা হায় "ফত্তবা! ঙুন্দা" — মহৃদগী মানা শাউহনা ঐবু কাউবনে, কিম্না থিনবনে, শম পায়হনা চিংবমে মহা ওইগ্রবনি। মহৃদি ফবু করি — ঐগী ইফি ইরোল লোইনা মুনবিহোরে। কনাগী ইহন হনবা জেকেৎ রুবল মঙা পীহনা লৈজবা, কোক্তা পুনবা রুমাল থোং থোংপা লোইনা নমহনা লৌহোরে। ঐখোয়গী মহাজনগী মনাক্তা করম্না অমুক হজিন্নুনি? হে ভগবান! হেক্তিকপু ঐনা তৌগদবা করিনো"? ... মহাক কম্না কপখ্রে। মুংশিংস্থু লেপ্পা শৈরমদে। মাস্থু ঙাংবা লেপত্রি — "ঐনা ঙম্মবদি লেইহিনমক মৈ থাদোকদবনি, মতুপ মতুপ ককথংকদবনি। মুপাশিংসে হুইগুম্নবনি, মুংশিংহৈবা জাং নম্ভে। তাং তৌশিন্নবা। মীনম্না র। ঙাংহনা হুইদৌনা মমৈ হাইহনা ঐখোয়গী ইনাক্তা হেক চাউকপা। ঐখোয়নদি থাজবদগী অরৈ-মখৈ পীথে কই। মমৈদদি মখোয়না কাউথোরকই। অসিগুম্না নখোয়গী জাংসে কত্তবা ঙাক্তনি। শিরবদি অমুক্তা তিল শিংচিনগদবনি। মুকমুং মুংশিরগোই"।

মানা চৈরিবসি য়াম্না মলোম. লৈখগী মওংদি নত্তে, তপ্না তপ্না ঙাংঙি অশাউবগী ৱাঙাং মরক্তা নোম্লুকপগী মত্তোয় য়াওবগুম তৌই। অদুবু ঐঙোন্দদি য়াম্না নংনা শোকপ্রে। অরাবা লাইরিক পারুবদা নত্রগা অকনবা লেকচর তাকুবদা অমুক য়াম্না ৱাক্লে। ফত্তবা মীশক অমগী মতৌদা অতোপ্পা অতৈনা ইকায়বিবা অহুম্নবনি। অদুগা অশিবা অমা উবদা মুংঙাইত্ত-বহনবীদি অশিবদুগী মরমদা ৱাহৈনা শীংথাবদনা হেম্না য়াহল্লি।

ঐ ইংমনপ্রক্পনা খদাং য়ৈরে। য়াম্না ৱাখ্রে। নাত্তাসাগী ৱারী অনদগী নত্তে। মতমদুদা অপিকপা খুং অমনা ঐগী চকখনদা শোকলকই নামনা মায়দা অদুগা তপ্না হায়রকই— “নংবু করি ওইনা মুংঙাইক্লিবনো” ?

নাত্তাসা নত্তবা অতোপ্পা অতৈ অমা লাকপেইনা খল্লুরে মরমদি মহাক্কি হৌজিক্তা মুপামথৈ শিপ্রসনু হায়না লাই খুৎখিবনি। অদুবু মহাক ওইরম্মে— “নহাক করি তৌরে ? এঃ য়াম্না ঙংঙেনা। মকুদোনা তাশিন্দুনা নিকতুনা লৈরম্মেদনা। চসাইনা ঐঙোন্দা হায়বা য়াদত্রা। লাকও সিদা হিপ্পু। ঐ কোনবিগে। ঐঙোন্দা চেংনা কোল্লু। থুনা শাগংলকনি অহিংমু পংশাং শাংঙোই নংবু মু থকপ্রা ? নংগী থবক মুনবিপ্রব তাংলা ? অহ ওইরবসু চিন্তা তৌরুহু”।

মহাক্কা ঐবু পোংথাহল্লে। ঐ হকচাংসি তেকখংলে। ঐনা তৌবিবা পুন্সিদো ছুকচনিংঙাইনি। ঐগী অরাবগী সংস্কার মহুনা করেমনি। ঐনা মীয়ামগী তুংগী পুন্সিগী মনিরা য়াম

কয়াগুক তৌখি। মতমলৈবাখিবিক্তা সমাজগী চংনবী ফইরবা রাজনীতিদা অংগনবা পুরক্লবা ব্রাথর্দ কয়া থংখি। অথোইবী র থন থনবা ওস্না মাওই কযাগী মরমদা নৈনবম্মা। ঐনা উস্নমথৈ হোংনজহনা অকনবা সামাজিক শক্তি অমা লৈহনগে ক্ত ল্লম্মী। ঐ থরমথৈদি ঐগী অমিংবদু থুডে হায়মম্মু থক্তে। মরম অদুদগী ঐহাক সমাজদা হিংবগী অধিকার লৈ হয়নন্মু থাজরম্মী। ইতিহাসতা মিংচং লৈরবশি গী মরক্তা অমা ওইহনা মশিং হেনগংহনগে হায়না থল্লবা ঐ ওসিদি লমহা, ভঙ্গ বা মফম অদিদা মুপী অমনা লায়কয়বিহনা লৈবি – লায়রবী, রারদী মবাইবক থীরবী, মীনা ওংশিরবী, মমল য় ওজদ্রবী। মশুস্না অমগী মতেং ফগনি হয়থসি ঐ থল্লুবস্থ লৈতে অদুবু মহাক মশামক্লা ইতেং পাবিরি। —ওসি ঐডোন্দা থোকইবসি মওনি রাম্না তমখিরবা মওনি হায়না থল্লম্মী।

অদুবু অরাবদি নোং অতং অথম লৈতনা চৃবি। মশিক মরিক্লা ইশাদা য়ৌবদা ওষ্ণোক্লা মতো থীনা ঈংলে। তুয়েন্দা ঈথক হোরি। লুংশিং লেপ্পে। মহাক্লা ঐবু অহিংবদগী ওাকথোক্লবা লাক্লরি। পল্মৈ লৈতবনা ঐখোয়নি লেংগেম্রহনা থক থক নিক্লরহনা থানরম্মী। মসি তচুস্না ও ক্তনি ঐনা থাজে কনাগুম্বগী মমণ্ডদস্থ মসিগুম্বসি থোকলম্মে ই। ঐডেন্দদি ভগেমা থোকপ্রবা থোদোক্লি।

নাতাসাদি ব্রাডাংডি— থোংনা নৌনা মিন্নুংশি লৈবা নুপী ওইবগী রাঙাংশিংহু তাবদা ঐগী থাম্মায়সি মহি চেল্লে। ঐগী

মিংতগী পি তাখিবা থংহৌদ্রে। মহৌনা ঐগী থম্মোয়দা লৈরম্বা অমোংপা পাপ, অপঙবা কয়া চামথোকখ্রে। নাতাসানা ঐবু থেমজিনবিয়ী।

"ফরে, ফরে, মুপামচা! কপ্পনু তোকও। রাখল পংখন থল্লুরনু লোইনমক কোকখিনি। ঈশ্বরনা অমুক নহাকপু মফম চানা হিংনবা তানজা পিগনি। পুম্নমক ফরক্কনি"। মহাক্না ঐবু মমা অমগী মতৌ গুম মপুকচেল শেংনা চুপ্পীরম্মী অদুগা থেমজিনবিরম্মী – "তুমিন লৈরো ওকএ ঐ নগী শককমহু নোকনিংঙে। নোংঙ'নখিসনু ঐনা নংগী মফম অমা থিবিগনি"।

নোংঙানবা ফাওবা ঐখোয় মফমদুদা লেপ্লে। নোংঙাল্লে ঐখোয় হিগী মরুমদগী থোরক্লগা সহর তম্না চংলে। সহরদা ঐখোয় অনি য়াম্না নুংঙাইতনা কায়নরে। অদুদগী অমুক মহাকপু উখিদ্রে। থা ৬ ফাওবা ঐমা সহরগী মফম খুদিংমক্তা মহাকপু কোয়থি থিরম্মী অদুবু পুকচেল ফজরবী মিশুংশি লৈরবী নাত্তাসা শরদকী ঈংলবা অহিং অমা মহাক্না ঐবু শেন্নবিরম্মী মুপীহ্ অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। মহাক শিথিবা ওইরম্লমু য়াই। অদু ওইরবসু মহৌনা মঙোন্দা হেন্না ফক্লে। কম্নিগুম্বা হিংহুনা লৈরম্বা ওইরবসু মাগী আত্মাহ্ শান্তি লৈনা লেনবা ওইসনু। সংসার অসিদা মাওইবগী পুন্সিবু অরেম্বদা য়াহল্লিবা ফল্লবা লমচংকী ইথিল অহুনা নাত সাগী আত্মাবু অরাবা পীদকা ওইসনু।

## ডি, বলাস্কো ইবানেজ শোক ১৮৬৭–১৯২৮

(স্পেনগী লেখক)

[ইবানেজ অ রাগানদা পোকখি। উকিলগী পরিক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা মতম খরা উকিলগী থবক তৌরম্মী। মথংদা মহাক লাইরিক ইবা হৌরে অমসুং রাজনীতিদা খোংদোখি। মহাক ভাইগুমদনা খুমাং চাওশিনবা রাখলনা মরম ওইদুনা অরাবা কয়া থেংনবা তাখি। মহাক জেলগী অরাবা কয়া খাংখি। জেলদা কয়ারক হন্না অরাবা খাংখি।

রাবী অসিদা লালগী মতমদা থোকপা অকিবগী মশক ওইবা ফিভমগী মরমদা শীংথারী। রারী অসি পারুবদা লালহু তুকচবা অমদি পামদবগী অহকপা রাখল অমা থম্মোয়দা কাওরি।]

# অহিংগী পুং অমা তাবদা

ডি, বলাস্কো ইবানেজ

নুমিদাগী পুং ১২ তারে। পুং অমা তাবদা পেরিসকী জগোয় শগু পুন্নমক লেনখ্রে। পুংখ য় অমগী মমাংদা হোটেল পুন্নমকসু থিংখ্রে। ঐখে য় উ.পাম্বী মনাক্তা লেপতুনা লৈরম্মী। সিনেমা য়েংগুবা কাংবু কাংবু লাকই মখোয়গী মমিশিংদু ঐখোয়গী ইনাক্তা.য়োরক্লগা কেক হেক হেক্কে রুনা চংখি। লম্বীদা খাল্লিবা

থাউমৈগী মণ্ডালদু থর থর মমথরি। মমশিল্লকুবা অকাশতা থবাম-মিচাক পরেং পরেংনা কুফেং কাফেং ঙাল্লিবদু ইখে য়না লাংতক্লনা য়েংহনা লৈরম্মী। অহানবদদি আকাশতা থর নমিচ ক ঙাক্তা ঙাইরম্মী অহৌবু সর্চলাইটকী মাপু মচা মানবা মৈবাগী মঙালনা অকাশতা ঙানবদা প্লেন অডোবা পাইরবোই থম্লি।

ঐখোয় অহিং মিংশেল থানবগী থোরাং তৌরম্মী। ঐখোয় মরিনি। সররিয়ন কেপ্তেন অমি ফ্রেন্স র ইটর অমা, অদুগা ঐগনি। ঐখোয় অমম্দুদা ফ্রান্সগী লমদমদা কদাইদগু চৎলুনি। থোঙ পুন্নমক লোনথ্রে। ঐখোয়গী মবক্তগী কেপ্তেন অমনা হায় — "পুং ২৩ হাংক্লা লৈবা য়াম্না ফবা ফেশন য়াবা হোটেল অমা ঐ খঙি। অহি মিংসেল থা গদবা ওফিস নশিং পুন্নমক করিমত্তা হঙ্গোযদনা হ য়রিবা হোটেলদুদা চনৈ। হোটেল অদুগী মগুন অমা লৈ মসিদি য়েক্লবা দেশ অনিগী মীস্থু মফমদুদা লাকঅবদি য়াম্না নুংশিনন্না রারী শানৈ। ঐখে য় চংলে।

মফমদু থোক্লবদা ঐখোয পুমঙান ঙানবা হোল অমদা চংশিল্লে। ওন্থোকপনি! অমম্না লৈরক্কী ফিভমদুগা মফমসিদা তৌরমলিবসিগা খেন্নবদি করি হায়রুনি। কা অদুদা মিংশেল কম্নাম্লুক লৈরম্মী মদুদগী সর্চলাইটকী মতৌগুম মঙাল থোরকই মদুগী মমিনা ইলেকত্রিকী মঙ্গশিংদা মৈরম্মী। মফমদুগী নিং-থিজবদু উরগা চহি অনিগী মমাংগী পুন্সিদু নিংশিংঙি। মখল মথা কয়াগী ফিজেং-লৈতে লবী নুপীশিং, মুগী নিশানা ঙাওরবা ক্লিপাশিং, বায়লিনগী মখোল, মীগ্রোপান্সকা লোয়নবা নুংশিরবা

ঈশৈ – লান্-মম্যাংগী মুতোদো নিংশিংদুবা ৩মদে। অঙুহু মফমহুদা তিল্লিব। মীয়াম্বুক মুমিদ্রাংরাইগী স্কুট শেংপা অমত্তা য়াওদে। ফ্রেন্স, বেল্জিয়ন, ইংলিশ, বসিন্নচিংব তিল্লিবা মীওই খুদিংমক লম্মীগী ফিজোলশাক্তা শেংলি, খরা শেগায়বা, উজ্জ্বল ত্তবা অমোংপা শাক্তুনি। ইংগ্রেজ লাম্মী শুরদি বায়লিন খোংঙি। অমনা অমবু হ্বায়াও তয়াম্না নোক্তুনা থাগংনৈ।

হায়রিবা মীয়ামহু লান্দা মথরায় যোল্লুরবা ৩ তুনি। পুন্সিগী হুঃ থকউরবা শাক্তুনি। মখোয় হরাও মথোই কাবরা হিংহোনব-শিংনা অহিং ত্তোর্বান্দা লেকউরগা অয়ুক্তা অকনবা সুংশিংকী মায়োক্তা ঈশৈ শক্তুনা হি হোনবগুম হরাও তয়াম্মী। সরবিয়া মচাশিংদি লাইরিক কয়া হৈতে অহবু রারী শানবদদি শৈরেং ওইনা তৌনৈ। মফম অসিগী মী পুদিংমক কবিনি হয়না খল্লি। মরম অদুনা রারী লীবদি য়ান্না লান্ধবা পেংং ওইনা খল্লি।

সরবিয়াগী কেপ্তেন অনিমক য়ু থকঅম্মী য়ু হেক থকপদা লান মায়থীরকপগী রাখল হেক নিংশিংলে। মখোয় উম মরক্তা লান তৌবা তারম্মা। সরবিয়ান অমমমনা সিভাই তরা তয়াগা মায়োক্লুবা তাখি। তুংলোমদনা মেশিনগন অমস্তু নোংমৈ মক্তুনা নোং চুবগুম হৈথরি, মী লিশিং লিশিং অমস্তুং শ-শন কয়া কিহুনা চেন্নরি। খুঙ্গং অমদি লৌ পুম্নমক মৈ চাকএ। অশোকপা কাংবুনা হুইগী মতোংগুম লাউ-খোংঙি মতুপ মতুপ কেল্লবী অশিবী নুপীশিংগী মশাক্তু লাংজানা শেংহুনা চারি।

ঐথোয়গী ফ্রেন্স মরুপতু চংখ্রে। কাচিন অমদা য়েন্দু অনাংবগী লুহুপ উপ্পা নিপা অমা কন্মী। মহাক সরবিয়ান কেপ্তেন অমদা মূনা মূনা য়েংভি। কেপ্তেন অহুস্ন ভাব তারে। ঙাইহাক নৈরগা মহাক ভুমিম্না মাংখ্রে। অহুগা লোয়ননা য়েন্দু লুহুপ উপ্পা নিপাহুস্ন চংখ্রে। অতোপ্পা কেপ্তেন অহুদি ঐগী নৈহৌরি। মহাক্না য়ুগী পেগ অমগা য়োংশিল্লে অহুগা মথক্তা য়াল্লিবা ঘড়ীদা য়েংভি। অমুকস্ন পেগ অমগা য়োংশিল্লগা ঐঙোন্দা যুম্না য়েংভি। মীংয়েং অহুনা তাকপদি মহাক্না ঐবু থাজে অহুগা য়াম্না নুংঙাইতবা অৱাবগী রারী অমা শানিংভি। মহাক্কী নিংশিংবগী লম্বীদা থরায়-শোক্না নুংঙাইতবা থোদোক অমনা খুদি থীরম্মী। মহাক্না ঘড়ীদা অমুক হন্না য়েংভি, অহিংগী পুং অমা তারে। মহাক্না খংহৌদনা অচিকপা খুগায়হুনা রা ঙাংবা হৌরকই— "থা মরিগী মমাংনি— ঙসিগী নুমিং অসিমক্তি, মতমস্ন সুংঙৈমক্তি"।

মহাক্না রারী অস্নুম অস্নুম লিথরম্মী— "ঐগী মিংতা অমম্বা অহিং, উন্না কুপশিল্লবা লমপাক, কিয়হোম অমদি অতোপ্পা পাম্বী-শিংনা থল্লবা চীংয়াশিং, উরক্তগী নুংশিংনা হুমদোরকপা নৈচিন মপৈ মপৈ লশিং মফোল পাইথোরকপগুম পাইরিবহু মথং মথং উই। মহুগা লোয়ননা খুঙ্গং অমগী অতেক-অকায়, মহুগী মরক্তা চেনগ্রবা সরবিয়ান লাম্নীশিংদগী লেমহৌবা কাংবু ঐগী মিংকী মাদা উবগুম তৌরি"। মহাক মথং মথং ঙাংলম্মী— কাংলুপ কাংলুপ চংলি, চংলিবা লাম্নীশিংহু অচেনবা ঙাক্তনি। মপী

কয়ানা তেংথা-নাউওইহৌনা মমাংদা মচাশিং হোইহৌনা চংলি। মুপী খরনা থরায় শোক্না অশিবশিংগী মথক্তা নোক্সহৌনা য়েংঙি। মথোয়না পুরিবা লানগী পোংচৈশিংগী ময়োমশিং অহৌ লাকহৌনা লংশেঙ্কদৌগুম তৌরি। কায়রবা খুঙ্গংগী অতেকপা য়ুমশিংদগী থোরকপা মৈরিনা আকাশ অসি মচু শংবগুম ঊরি। অমসুঙ্গা লোয়মনা মী অশিবগী পুমমমক্সু শক্লোরকই। অহিংসী অঙকপা মরক্তা নোংমৈগী গর গর, গদং গদংগী মথোন্না তিল-কাণ্ড পুম্নমক পাখংনখ্রে”।

নোং হেক ঙানবদা অকিবগী মশক ওইরবা লালহৌ অমা লাক্কনি। য়েক্লবগী লান্মীশিংনা মুমিদাং মফম কদাইদা লোংলিবগে হায়রা কনাসু খংদে। অহৌগা য়েক্লবহৌ অমনীরা, অঙ্গীয়নলা ববগারিয়নলা হায়বসু কনাসু খংদে। অহৌবু অহৌক য়াম্না য়েক্লবশিংহৌগা মায়োক্লবদি তাই। মমৈথংদদি মায়থিরে হায়বসি য়ারহৌনা চেনবদা তারম্মী। নোং ঙাগ্রিহৈদা চীং ঙ্গাংম লান্না চেলহৌদবা য়াদে। মুপী-অঙাং, হনুবা হনুবী অমদি শা-ষন কয়ামুক অহিংদা শিরে। নিপা খরদং হিংঙিবহৌনা য়ুমগী অতেক-অকায় মরক্তগী গুলী কাপ্পি। অমুক অমুক শিন্ন-শিন্ননা কাপ্পী অহৌগা তুং হন্নসু চেল্লি”।

মহাক রা অহৌমক ঙাংঙম্মী— খংহৌদনা কেপ্তেন্দুগী পুক্লিংদা রাখন অমা লাকলে। “অশোকপা চেনবা ঙমদ্রবা সিফাইশিংদি করম তৌনি? ঐখোয়না মথোয়গীদমক করি তৌবা তাই? নাপীনা কুপ্পা লৌশঙ অমা মথকতুম্সু গুলীনা চাইখইগ্রবা অহৌগী

মঙ্গদা অশোকপা সিঙাই য়াংখৈমুক নাক্লেহনা লৈ মখোয়গী অনাবগী মৈচাক্লা লাউ·খোংহনা থুরো থরো ওল্লি। ঙরাং শোকপা কাংবনা শিং শিংতনা মরুমশিঙ্গাওবা লাকলে খরদি চুসিল্লা শোকপগনি ...........”।

কেপ্তেনন্না লৌশঙ তাম্মা চংশিনখ্রে। মফমদু হাম্মনা মৈ চাকপগা মাওঙা ঈবে শিরমদাইগী শোর অপুম্বা ময়ামদগী খোঙকপা মনিত্নে পুমনম নমখিরে। মচাক্লা য়াইহে খর চায়রম্বী— মহ তাবদা মশাদা লেংবা ঙম্বগী শক্তি লৈরিবা মী প্রমক কেন্দ্রগী ঙানফাওবা, অশিকপা মঙাল অদু তাম্না শিংতুনা চংশিনরককই। নাক্লেবদু পুমলেপ লেপখ্রে। অঙকপা, অচিকপা অমা ওইখ্রে। শিবদগী হৈম্না কিরবা পোংশক অমা· উররুমা মা ঙাংবা থোক্তনা কিরবোই খল্লে।

য়েক্লবগী থৌজ ন য়েংজরো হায়না ল শেকপা তারে হায়বা তাবদা মখোয়শিংহু ফুক ফুক হৌগংনৈ অদুবু বোম বোম তুই। পুমমক্কা অমাবা মথরায় চাকপগী খোঙ্গোক্লা কেপ্তেন্দগী মফমদা হায়খিরি— “হৌচিন ইনাওশা! ঐখোয়বু অস্তুম্না থম্বীরমগন্নুবা! প্রভু যীশু পম্দুনা য়াশকচগে ........।

য়েক্লবগী মথুং চনখিবা হায়বসি কয়াদা অকিবগী মশক্লো? বলথারিয়ান অমস্তুং তুর্কীশিংগী দয়াদা থাদোকপিবা? চহি চা·কয়াদগী য়েক্লবা ওইহনা লাক্লবনি— নত্তে! নত্তে!! মখোয়না ঐখোয়বু কাগ্রবদি মহুনা য়াইদগী তমখিবা শাপ ওইনি •• ....।

## অহিংগী পুং অমা তাবদা

অশোকপা অমাবা ময়ামচুগী মমিংশিংচুনা য়া কয়া হায়নিং উংলি অচুবু চিনবান্দদি য়াহৈ ওইনা থোকহনবা গুর্মখিত্রে ...... মী থরদি মরৈবাক্কা মীথা পোনখিবা তারে থনবদা থক থ নীকলি।

য়েক্লবনা মতৌ করম্না লমন শিংঙকনি? মচু থম্নুবদ অমুক হেম্না অকিবগী মশক ওইত্রে। "ইচিল ইনাওশা!— ইচিল-ইনাওশা!!" অমুক হন্না লাওনরক্লে। কেপ্তেন অচুনা খোল্লাউ অচ্গী অর্থচু খংলচুনা নাকল অমরোমদা য়েংথোকখিরম্মী "নখোয়না ঐঙোন্দগী পাম্মিবসি করিনো"? মহাক্কা হন্না হন্না হংঙম্মী। ময়ামচু হুন্দোক্লগা চেনবদি তারবনি অচুবু সরবিয়ান অমতা হিংনা থনম্মগা চেনবদি চেল্লোই। করিগুম্বা মখোয়-শিংচুগী কেপ্তেন্দুম্মু শোকপদা য়াওরম্বা থোক্লবদি মখোয়না তৌরিবা অচুন্না তৌরোইদ্রা ...... ?

মায়থীরবা কাংবুনি লানগী মচাকস্মু য়াংকম থোকই। লাম্মী অমতনা গুলি শিক্তিন্নবগী অপাম্বা লৈরমদ্রে। কেপ্তেন্না থাং-খুমদগী থাংশাং চিংথোক্লে। লাম্মী থরদি হান্নবা সংগীন্না থিন্নবা হৌপ্রবনি। অচুবু মচুনদি মওং তাদ্রে। অচুনা মহাক্কা অমুক হন্না তুনা য়েংবা তৌদনা অনাবা ময়ামচু মথং মথং মতুপ মতুপ তানা ককথবা হৌরে। মোংলৈ মুংশিং হৌবগুম থম্মোয়দ থমথেংনা অরাবা অনাবগী অকনবা চৈথেং কাওরম্মী। ঈনা নালাগুম চেম্বুরি। অনাবা পুন্নমক শিং-শিংচুনা মখোয়গী

মপু কেপ্রেন্নু ভম্না চংশিল্লরি। মহাক্কী মপুত্তা শিজবগী লাইখক কবহু ফংবা পাম্নরম্মী। মরমদি কেপ্রেনগী হৈশিংলবা থাওয়াম অহুনা হৈরা রাহৌদনা শিবা গুম্মী। "ঐবুস্থ হাংপিয়ু······ ঐবুস্থ ঐবুস্থ হাংপিরো ভৈয়া" লাওনরি। কেপ্রেন অহুনা মিকুপ অমদা মী করা ককথরি····। সিভাইশিংহু শিংনা শিংনা চংশিন্নে। মহাক্কী মনাক্তা অনাবা ময়াম্না কোয়শিল্লি। অহান-বদি মমায় লৈথোক্লগা য়াম্নরম্মী মখোয়না শিবহু হকথেননা উদনবা হোংনৈ মখোয়গী মতৌহু উবদা মমিংতা মপি শিন্থখিবা খংহৌদে। অহুবু মমৈদদি থবক লোইশিন্দবা য়ারক্রুহুনা অপনবা লৈতনা থবং থবং ককথবা হৌরে। করিগুম্বদা শিহৌদ্রবশিংনা মাহেখোল থোরকপস্নু য়াওই মহুদদি থাওয়ান অনিরক হনবা ভাই। অহুদগীদি পুমঙৈং পুমচিক—। ওঃ ওম্থোক্লা তমথিগ্রবা খুংনি ওম্থোক্লা কনগ্রবা থম্মোয় হায়হুনি—।

'ভাই! ঐবু হাম্না ঐবু হাম্না' লাওনরি, থেংথরবদি য়েক্রবা লাকপনা হানগদ্রা পাথংনরি। মচিন মনাওগী মপুংতা শিজবনা হেন্না পামজে। পামজকমস্নু থোকপনি। সিভাইশিংহু মঙ্কশম চপ চপ তিংনা লৈনৈ। মরমদি চপ তিংনা শাংদোকহল্লবদি ঈ চেনবস্নু লেপগ্রনি অহুগা থাওয়াম অমুক্তা লায়না তুপ্লস্নু ঙমগনি।

"ঐবু হাম্না ককউ ঐবু হাম্না হাংনু" লাওনবগী অরেম্বা লৈত্রি। ঈনা লৌখোং চেল্লে। অমগী মথক্তা অমা ভারি।

অমগী মথং অমা — — য়ু লিক্লিগী খাও হৈদোকলকপদা মথং মথং কায় কায়হুনা ত.বদৌনা তাথরি।

× × × × ×

হেটেলগী হোলগী কাদ। হৌরবা মৈকুগী মৈশাঙ্গু লোই. শিনখ্রে। নুপীশিংনা সিঙ্গাইশিংগী মনাক্তা পাউদর, থাউমনম তৈহনা লৈরঙ্গদগী চংনখ্রে। ইংগ্রেজ যঙ্গ খোংবশিংনস্যু অরোইবা তাল খোংবা হৌখ্রে। নোকলি নোকলি তৌরহনা কায়রমদাইগী মওং উংনরক্লে।

ঝারী লীরিবা সরবিয়াস কেপুপ্পুনী মথুংতা অরুংবা থাঙ অমা পায়রম্মী। কৌখিবা থোদোক অহু নিংশিংবদোনা তেবল মথক্তা থাঙহনা তক তক তৈরম্মি। কক্ কক্ লাউবা মখোলস্সু থোকই।

---



## এডগর এলেন পোঃ শোক ১৮০৯–১৮৪৯

### ( অমেরিকাগী অথোইবা রারী ইবা )

[ এলেন পো ১৮০৯ দা পোকখি। মহাক্কী পুন্সিদা মীয়ামগী অনংবা কোক্কুবা অকমবা লাহ্কেংনখি। অহৃতস্থ নত্তনা য়ু থকপগী মায়োক্তস্ অকনবা আন্দোলন তৌখি। মশাগী চহি অমিদা ওারয়িঞ্চেদা মমা মপা অনিমক লৈখিদ্রে থবক লৈতবা, য়ুগী নিশা অমদি লায়রবগী লায়নানা মহাক্কী লমচৎ মাঙখি। মমৈথংদদি মহুগী মায়োক্তা আন্দোলন তৌবা লুচিংবা অমা ওইরকখি।

মহাক্কী রারীদি অকিবনা থল্লি। মহাক্কী কল্পনা শক্তি অমস্তুং অঙকপা শৈওং-শৈদানা মরম ওইহনা মাগী পাত্রশিং অসি চুমগী তাইবংমী মান্দে অহুগা থোদোক্কী মকমস্ত পৃথিবীগী ওইবা মক্ষম ওইদ্রে। পোঃদি রারী ইবদা লাঙ্গা লৈতবা লেংকনি। মহুগী প্রমান্দি পীরিবা রারী অসিনস্থ ওইহল্লি। ]

# থম্মোয়গী সাক্ষি

**এডগর এলেন পোঃ**

ঐ তশেংনা কিরম্মী, হৌজিকস্থ কিরি— অহুবু নংনা ঐবু কৈদোবগী অঙাওবনি-হায়রিবনো? লায়না চেল্লি হায়হুনা ঐ ভাব চোইবস্থ তৌদে জ্ঞান মাংবস্থ লৈতে। মহুদি লায়রদনা ইচং-থৌবহুম হেমগংলে। থ্বাইদগী হেম্না ওকপদি ঐগী নাকোংসিনি।

তাবগী পাঙ্গলসি অঙকপা ফংনা হেনগংগ্রে। পৃথিবীগী অমস্তুং অকাশকী ৱা-পাউ শুনা তাবা ঙম্মী। নোরোক্কী পাউস্তু ভশেংনা তাবা ফংঙি। ঐ কৈদোবগী ঙাওদোরিবা? ঐনা কয়া চম্না অমদি শেংনা ইশাগী ৱারী লীজরি। মসি তাখো অতুগা ঐসি ঙাওবরা মল্লগা ঙাওদত্রা হায়বতু লেপ্প্ল।

অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা ঐগী থম্মোয়দা কয়ম্না চংখিবগে হায়বসি হায়বা লুপ্রে। অতুবু ৱাখল অসি চংখিবদগী ঐঙোন্দা অহিং-মুংথিল হায়বা খায়দনা হেলোই অমা তোংতুনা লৈপ্রে। মীবু কল্লক মীহোৎবগী মতৌস্তু নত্তে। ঐনা হনুবা নিপাতুবু থোইদোক্লা মুংশি। মহাক্লস্তু করিগুম্বদা ঐগী ফত্তনবা তৌখিপ্ত্রি। মহাক্না ঐবু হম্বনা য়েংবস্তু তৌদে। মহাক্কী লন-হুম ময়ামতুবু ঐনা করিস্তু কল্লকপা লৈতে। ঐনা মাদু তুক্কচরিবসি মহাক্কী মমিং অতুনি। থীগ্রবা লাংজা মমিং মানবা শংবাম্নবা মথক্তা অমু অমুবা মরী চেনবা মতুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংশিল্লকপতুদি ঐগী ঈ অসি ফমজিল্লিবোই নীংঙি। ঐগী ৱাখল অসিদা মহাক হাংথোক্লগে লেপ্লে। অতু ওইরবদি মহাক্কী য়েংনিখিদ্রবা মিং অসি উরয়োই। বস, ৱাখল অসি লেপখিবদগী ঐগী মঙং হোংলকপতুদা ঐবু অঙাওবা ওইরবোই নীংবদনি। অঙাওবা হায়বতুদি করিগুম্বা জ্ঞান অমতা য়াওদ্রবনি। নংনা উর্বম্বা থোক্লবদি খংগনি ঐনা কয়াদা চেকশিন্না তুংদা থোরককদবা পুম্নমক য়েংঙগা নিংথিজনা থবক তৌখিবদো।

হনুবতুগীদমক ঐগী থম্মোয়দা থৌজাল, মীনুংশি অমদি

[illegible] য়াক্লবা য়াখল্লদ্রু ফাওখিদ্রে। অদুবু মাদু হাংকদনা য়াওবা অমা বাংলিটৈ ফাওবদু ঐ মহাক্কী ফমফা তৌবা মীশক অমা ওইরম্মী। অহিং নোংয়াই খুদিংগী ঐনা মাগী কাদুগী থোংডা পুলাদু তপ্না [illegible] হাংজি। ঐনা থোঙদু খজিক্তং কাং-খোক্লগা লালতেন্দু মমনা লৈথরগা থম্মী। অদুগা থোংডদু ডাসিল্লি। ইমুংদু পুম্নমক মখোন। ঐনা মনুংদা কয়াদা চেকশিন্না চংবগে হায়বদু নহাক্লা করিগুম্বা উরবদি নোক্লিংগনি. ঐ য়ায়া তপ্না মনুংদা চংনবা হোংনৈ মরমদি মহাক্কী তুম্বদু কায়দনবনি। অশেংনদনা ঐগী কোক অসি মাগী না মনুংদা লিংশিল্লগা মাবু উবা ফংনবা হোংনবদা পুং অমা চংজি। অডাওবা নিপা অমনা অসুক্কী মতিক লুপ্রবা থবকশি তৌবা ওফম থোকপ্রা? ঐনা মনুংদা হেক চংশিনবগা লালতেন্দু অমুককসু লৈথরগা মডাল মরম অমদি মাগী ক্যাংজামিং মানবা মিং অদুদা তাইল্লি। মসি য়ায়া চেকশিন্না তপ্না তৌরিবনি করিগুম্বা মখোল অমত্তা থোকপা নত্তে। অসুম্না অহিং তরেংলাক ঐনা হল্লুবদুগী মনাক্তা চংডম্মী। অহিং খুদিং মহাককী লাংজা মিং মানবদু উইশিন্দুনা হেক্তা লৈরম্মী অদুনা ঐনা তৌগে খনবদু পাংথোকপা [illegible] হৌজিক্দে। ঐনা মীহুৎ য়ানিংদবদি করিসু লৈত্তে। মাগী ফপ্রবা থীব্রবা মিং অদুতকুনি ঐনা তুককচরিবসি।

নোংডানবগা ঐনা ইকোৎ কোয়দনা মাগী কাদা চংডি য়ারী শাই। হংজি—নহাক অহিং করম্না মতমদা তুমথৈ? মহাকসু

অত্তকপা মীনি। অহিং অহিং চংঙকইবা কবিগীদমো হায়বা অঙুবা হংদে মরমদি মঙোন্দা চিংনবা করিস্ নৈরম্তে।

নিপাম্নি শুবগী অহিংদুদি ঐনা অঙুবা হেম্না লৈকোনীদা থোঙ হাংনবা হোংনরম্মী। ঐগী ঘড়ীগী কাটা অমি ঐগী মিতুম্নগী হেম্না য়াঙনা চংলবোই খল্লি। ঐ ইশান্দা লৈবা অঙুবী শক্তি অসি হান্নদি খংঙমদে। ইত্তোমতা ঙকপস্থ ঙকন্ত্রে। ঐনা য়াম্না রানা ঐগী ব্রাখলদু লোংদুনা থনম্মী। ঐ য়াম্না তপনা থোঙ হাংদোকঅম্মী। হন্নুবদুনা ঐগী পুক্নিংদা লৈরিবা ব্রাখলদু মমঙফাওবা মঙঙম্মোই। মহাকসি হান্নগী শিন্নবদৌনা তৌরে। মাগী মতৌদু উবদা ঐ নোকঅম্মী। মহাক ঐনা নোকপদু তারমাল্লে য়াওল্লক্লে। ঐনা নোকপা তাবদা মহাক খংগ্রমাল্লে। অদোম্না খনবিরম্বা য়াই মহাক্না হৌগংপদু উবদা ঐ হনদোকঅম্মনি। —নত্তে, ঐ কৈদৌঙৈদম্মু হল্লরোই। কা অদু য়াম্না মমঙ্গ্রে। কাদুগী মীহুংথে ঙমখৈপদু মহাক্না কিদুনা হান্নবা লোনগ্রবনি। অদুনা মহাক্না ঐবু স্মরুত্তি উবা কংদম্মোই। ঐনা তপনা মখোল অমতা থেকহনবা তৌদনা থোঙদু হাংদম্মী। ঐগী কোক অসি মন্নুংদা লিংশিল্লে। ঐ থাউৰৈ জানিবা পান্নমদে। ঐগী খুরীনা কোংঙৌগী পুনা অমদা থেংঙম্মী। মরীবান্দ তাবদা অহল অদু খংপ্রেক খংবগা লোক্কনা ফমুংদা হৌগৎদুনা ফমলে। মহাক্না কম্না লাউরকই— “কনানো”?

ঐ তুমিন্না লৈরম্মী, পুং অমা চুপনা স্নপলেং লেংদনা তুম্মিনা লৈরে। অহল অদুস্ত ফমুংদা অদুম ফমদুনা লৈরে।

মখোল অহু অমুক থোরকখিগদ্রা হায়না ঙাইহুনা ফমলম্মী। মহাকস্থু ঐনা ঙাইবগুম শিবা ঙাইরম্মী। মহাক ফকলাংদগী অশিবগী পুংখোল তারম্মী।

খংহৌদনা নাহেং খোল অমা তারে। কিন্তুনা নাহেরবোক্ত নিংঙ্গুরে। অহুবু কিন্তুনা নক্রগা অরাবা চৈথে না মরম ওইন্তুনা মাহেবা নংলমদে। মখোল অহুমক্তি কনাগুম্বনা মমংদা অকিবা উবা মতমদা লাউরকপগা চপ মান্নে। ঐ খংঙে, মুন্না খংঙে। অহিং নোংয়াইদা ঐঙোন্দগীসু হায়রিবা খোম্হোক অসি হেক হেক থোকই। মখোল অহুনা ঐবু হেক হেক বিহল্লম্মী।

হন্নুবহুনসু খোম্হোক অহু খ ঙি অহুনা মহাকস্থু অহুম হায়না লাউবা ওইরম্বস্থু য়াই! ঐ মহাকপু খুংস্থু খুংশি নোকস্থু নোক্লিংঙি। মহাক অহানবগী মখোল তাবদা য়াওনখিবদগী হৌজিক ফাওবা তুমথদ্রি। মহাক হেন্না হেন্না কিরম্মী। মহাক্না মখোন্দু খুংশিংননি মক্রগা উচিনি নক্রগনা হারোনা খোংবা ওইরম্বস্থু য়াই খন্দুনা অরেম্বদা কিবনি হায়না কাউথোক্লবা লাক্লরমগনি। অহুগা মপুক্লিং ফাধনবা লাক্লরমগনি। অহুবু করিস্থু কান্নদ্রে। মরমদি করিগুম্বা শক্লাইদবা মখোল অমনা লাউরি—'নংগী অরোইবা মীকুপ অদো ননাক্তা তপনা তপনা চংঙকএ'। অশিবগী লাইনা মাগী চিঙ্গাক অহুগী মথক্তা মমি তাহনব্রে। মমি অহুনা নংবু হাংকদৌরিবা মীহু লাকএ হায়না খংহনব্রে। অহুবু মহাক্লা ঐ লাকএ হায়বস্থু খংদে মখোল অমত্তসু তাদে। উবস্থু ফংদে।

ঐ মতম ঙ'ইবদা ব্রারে। মহাক্না হিপথম্রিবৈঙদা থোঙ হা ঙগে খল্লে। থোঙহু তপনা তপনা হাংদোক্লে। লালটেনহু য়াম্না পিক্না মুশি মুশি ঙাল্লি। মসিদা অদোম্না অমুক্তা খল্হুনা য়েংবিয়ু ঐনা কয়াদা চেকশিন্না থোঙ হাংদোকইনি ? লালটেনগী মুশিবা মঙালহু মিরা দোনা হনুবগী লাংজা-মিংকী মথক্তা তারি।

মমিং অহু পাঙলি। মহাক্কী পাঙলিবা মমিংতু উবদা ঐ ঙাওরে। শংবান্নবা মিংকী মথক্তা পর্দাদোনা অমুবা মরম মরম লৈবহু উবদা ঐগী শরূ মনুংগী ঈ ফাওবা ফমজিল্লে। ঐনা অহল অহুগী মমিংতু নত্তবা অতৈ মশাগী শরুক অমতা উদে। ঐগী মিংকমহু নীংঙিবা পান্দমফম মপা চুন্না তারম্মী।

ঐ হৌজিক হায়রগে— অদোম্না ঐবু অঙাওবনি হায়বিরিবা মরম অসি অতৈ নত্তে ঐনা য়াম্না হেন্না থংজিনমনবা ভাম্ব তামনবা মওং অহুবুনি। নত্তম অহুদা ঐগী নাকোংদা য়াম্না পিকথ্রবা থোঙ্জেল অমা লাকখি মহু ঘণ্টীবু চেনা য়োমশিল্লবা মতুদা মথক্তা তাবা মখোল অহুগুম্না পিকই। অহুবু মহু য়াম্না শেংঙি। মহু অহল অহুগী নিংদোন তিং তিং চোংবগী মখোলনি। মখোল অহু ঐনা হান্নদগী খংঙবনি। মহু তাবদা ঐ শাউনিংবনা প্রোক প্রোক চাকএ। লাম্নীশিংনা লানগী ধোল মখোন তাবদা ফিংগৎপদোনা থোকঅম্মী।

ফিভম অসিদস্তু ঐ ঈশাবু খুহুম চনবা ঙমজরি অহুনা তুমিন্না লৈজরে। নিংশা শোর কাওবা ওস্থোক্না ব্রানা হোল্লে। লালটেনগী মঙান্দু মাগী মমিং মপাদগী লৈথোকহল্লিংদহুনা ঐনা

লালটেন্দু স্থপলেং লেংহন্দনা পায়রি। মহাক্কী নিংদোন্দু কমা চোংগ্রে। অস্থম অস্থম কনখৎলক্কুনা ঐনাকাওবা শেংনা তারে। অহল অহ্ রাম্না কিরমাগ্লে। ঐস্থু মখোন্দু তাবদা কিরে, মুংশা থীরে। মীচিক মীরাওখোল তাগ্রবা অহিং নোংয়াইহুদা মখোল অহ্ তাবদা ঐ কিবনা থক থক নীকগ্রে অহুবু তুমিন্না লৈরম্মী। মাগী থম্মোয় চোংবগী মখোল অহ্ অস্থম অস্থম কনখৎলকই। মসিদগী হেক্কিল্লক্লবদি মাগী থম্মোয়হ্ কায়গত্রা খল্লি মহ্ য়ুম-লোম্নবা মীনা ফাওবা তারম্মগত্রা হায়না চিংনরে। হন্নুবগী অরোইবা মীকুপ থুংগুরে।

ঐনা খংলাউ লাউবগা লোয়নবা লালটেন্দু লংশেকগ্রে অহুগা কাহুদা চোংশিল্লে। হন্নুবহ্ অমুক্তং মৈচাকখোল লাউরম্মী। ঐনা মাবু কমুং মথক্কুদা নৈহত্তুনা চরম মেংখায়রে। থবক লোইরে। ঐ ফাক্ ফাক্ নোক্লম্মী। হন্নুবগী নিংদোন্দু তপনা তপনা চোংগি অহুবু ঐ মুংশা থীদে মরমদি ইমুংহুদগী মপান থোক্লা হৌবদি ওম্মরোই। ওাইহাক্কী মতুংদা থম্মোয় চোংবস্থু লেপগ্রে হন্নুবহ্ ঈংগ্রে। ঐনা মশাহ্ পায়হুনা য়েংবদা নুংরে . কনগ্রে অহুবু ফনা কুইনা মাগী নিংদোন চোংগিত্রা হায়হুনা য়েংগুম্মী। মহাক লোইগ্রে নুগু ওনগ্রে। মাগী মমিৎ অহুনা ঐবু অমুক হম্না মুংওাইহন্দবা তৌররোই।

অদোম্না ঐবু অওাওবনি হায়বিনিংত্রা? অমুকস্থু ঐনা য়াম্না চেকশিন্না মাগী অশিবা মশাহ্ লোংশিন্নবা হৌংনরে। অহিংদি

থেংজিল্লকই। ঐনা তুমিন তুমিন থুনা-য়াঙনা থবক লোইশিন্নবা হোংনরি। অহানবদা মঙক অহু ককথংলে অহুদগী মখুং মখোং মথং মথং ককথরে অহুদগী লৈমায়দা থারিবা উপাকশিংহু হাই-দোক্লগা কোম তৌথোক্লুনা মশাহু ফুমজিল্লে। অহুগা হান্নগী মতৌগুম উপাক্তু মকম চানা ননশিন্দুনা থমগ্রে। কনাগুম্বনা য়েংবদা স্নুপথং খংঙরোই। মকমহুদা ঈঃ মরিক অমফাওবা তাদে। ঐনা হান্নবা মহু থোক্লনবগ্ হেংনরম্মী। হাঃ হাঃ হাঃ ......।

ঐগী থবক পুমলোই হেক লোইবদা অমুক্কী পুং মরি তারে। অহুবু ঙানবদি ঙানথোক্লি। পুংগী মখোলনা মরি য়ৈরকপা তাবমক্কদা কনাগুম্বনা থোঙদা তক্ তক্ য়ৈরকই। ঐনা কুমথরগা থোঙ হাংডি। নিপা অহুমখক পুলিস ওফিসারনি হায়হুনা মন্নুংদা চংশিল্লক্লে। অহিংদা লাউন-খোংনখিবহু য়ুমথ নবশিংনা তাহুনা রিপোর্ট তৌরমাগ্লে। মখোয় মন্নুংদা চংহুনা থিবা হোরে। ঐনা মোমোন নোক্লুনা মখোয়বু তরাম্না চংহল্লি ঐ করিস্ন থুককংপা লৈরমদে। "অহিংদা লাউখিবহু করিনো" ? "ঐনা মঙদা পংলাউ লাউবা ওইরমগনি"। "সিদগী হন্নুববহুদি ? ঙসিমক মহাক চংথোকগ্রে" ঐনা খুম্মী। মখোয়না য়ুমগী কাচিন-কোয়া লোইনা য়েংঙে। ঐনা মখোয়বু অহনগী কাদা পুহুনা য়েংহল্লে। ঐনা য়াম্না পুকচেল শেংনা চৌকীকা থাহুনা মখোয়বু পোংথাহল্লে। ঐনা ইশাগী চৌকিহু হন্নুবহু ফুমজিনখিবা

মপাহুমক্তদা থারম্মী। ঐহাক্না ঙম্বা তরে খনবদা ঐ থোইদোক্না নুংঙাইরম্মী।

পুলিসকী ওফিসরহ হরাওরম্মী। ঐগী ব্যবহারদুনা মখোয় য়াম্না পেল্লম্মী। ঐস্ম মখোয়গী মনাক্তা নুংঙাইনা ফম্মে। মখোয়না হংবা পুন্নমক ঐনা চিংনবা অমদি অকিবা লৈতনা খম্মবা মতুংদা মখোয়না হংনিংঙাই লৈত্রমাল্লে অতোপ্পা ৱারী শাবা হৌরম্মী। অহুবু কয়া কুইনা ঐ ৱারী তাবা ঙমগনি। ঐ কোক চিকলকএ, ঐগী নকোংদা ন্তুইশেন খোংবগী মখোল তঙনা তবা হৌরে। মায়থোং অসি মকশিল্লক্লে। মখোয়দি ৱরেম ঙাংদুনা অহুম লৈরে। ঐনা মখোয় চংখিবা লাইখুরম্মে। ন্তুইশেন মখোন্দু তোয়না তোয়না অমস্তুং কন্না কন্না খোংবা হেনজিল্লকপগুম তৌই। ঐনা মহু তাশিন্নদনবা ৱারী কন্না কন্না শাবা য়াওই। মখোল অহু য়াম্না শেংবা হেল্লকই। ঐগী নাকোং-মক্তদগী থোরকঅমাল্লে খল্লে।

ঐ মায়থোংসি পুংমক মকশিল্লে। ঐ হৌনা হৌনা ৱা ঙাংঙম্মী। মখোল অহু খর হৌনা শেনা তারে। ঐ নিংশা শোর থিংবা হৌরে। হায়রিবা মখোল অহু পুলিসকী ওফিসার-শিংহুদি তাদমাল্লে। মখোলহু হন্তবা নাইদ্রে। মখোয়বু চংহলনিংবনা ঐ থাংবা ঙমদ্রহুনা হৌগংলগা লৈমায়হুদা হঙ্গৎ-হন্দা চংশিন্নরে। মখোল অহু হেন্না হেন্না কনখংলকই। হেভগবান! পুলিসশিংসিনা তৌরিবা মতৌসিবু করিনো। ঐনা চৌকীহু লৈমায়গী উপাকতুদা অমুক তকই অদুগা অমুক খংফম ফমথৈ

অহুবু মখোল অহু থাঙ্গশেংনা হোৌগংলক্লে। পুলিসশিংহুদি য়ারেম তাংহুনা নোকই। অদুক হৌয়বা মখোল অহু পুলিসশিংহুনা তারম্মোই হায়বসিবু ওইথোকপা য়াক্রা? হে ভগবান! করি থোকখরগবা? মখোয়নসু মখোল অসি শোয়দনা তারম্মি অদুনা মখোয়না চিংনহুনা ঐগী পাম্থংনবা শকতম অমিদা করেম্মবা ওইরমাঙ্গে। মখোয়না লোইনমক শংভম্বা তারে। মসমম তৌনা কিবা পাম্থংপা থাংথদরগী শরুক্তি য়ায়া য়াবা মমা থেংনবনা কগদমাঙ্গে।

অতৈ অতৈদি থাংবা ভয়মী মখোয়না করেম্মবহুদি ঐ থাংবা ভমদ্রে মখোয়গী লোৌনম লৈবা মীনোক অহু ঐ থাংবা য়ারে। ঐ মওল মওল থনবা হৌরে— য়াম্না কন্না লাউহুনা কোং-দোকঅসিন্না নক্ৰগা ঐ শিজরমিন্না? হুইশেন মখোল অহু অমুক্না হেন্না হৌনা তারে।

“হেই! ফত্তবশা”! ঐনা কন্না লাউরে— “ঐ হৌজিক অশেংবহু লোংতুনা থম্বা ঙমক্লে। ঐনা হাংপনিনে! উপাক-শিং অসি লৌথোকও! খোংঙো ...... সিদা খোংঙো ... মহাকী থম্মোয়দো মপাসিদা কুমজিনখিবনি। খোজেল অসিনা অয়েপ্পা লৈতনা থোয়কইবসে মপাসিদগীনি”।

## গাঃ দঃ মোপাসাঁ শোক ১৮৫০—১৯০৪
### ( পৃথিবীগী অথোইবা ৱারী ইবা অমা )

[ ৱারী মচাবু সাহিত্যগী বিধা অমা ওইহনবদা অঙনবা মতমদা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবা লেখক মোপাসাঁ ফ্রান্সতা পোকখি। মহাক্না পুন্সিদি য়াচন য়াওদবা শগোলগুম্না লমহেন-ভুহেন্না হৌখি। মতাং চাদনা হেন্না নোম্বা, তুম্বা চাবা নিয়ম লৈতবনচিংবা কয়াদগী মহাক্না হকচাং ফংলকখিদে। মমৈদা য়াম্না ৱানা মীথুংশঙ অমদা নোঙ্গাখি।

মোপাসাঁনা ৱারী কয়ামরুম ইখি। মহাক্না ৱ রীগী অৱোইবা শরুক্তি অঙকপনা থম্লি। পৃথিবীগী অইবশিংদা মাগী খুৎইগী মমি তাই। "মঙলা তাইবঙলা" হায়বা ৱারী অসিস্তু মহাক্না অঙকপা থৌদোক্না লোম্বা ৱারী অমনি। ]

# মঙলা তাইবঙলা

মোপাসাঁ ( ফ্রান্স )

ঐদি মাবু সুংশিবনা অঙাওবগা মান্নরে। থম্মোয়দা মসিগুম্বা ঈথিল-ৱাথল অসি করম হায়না পোকইবনো? অসুক চাউপ্রবা সংসার অসিদা ঐখোয়গী মিৎয়েং, ৱাখল অসি কনাগুম্বা অমদা পুন্নপ তাশিন্নিবসি কয়াদা ঙকপ্রবা থৌওংনো? ঐখোয়গী

পুক্লিংদা অমথক্তগী য়াথলহুদা নুংঙাইবা পোকই। থম্মোয়দা অমথক্তগী আশা থম্মী। চিন্নবান্দা অমথক্তগী মিং শোল্লি। মিং অহু থরায় য়াওনা অরেপ্পা লৈতনা নিংশিংঙি। লাইথুম্বা মতমদা মিংখৈ শোনবদোনা চীংগী লোকচপ্তগী চেম্বরকপা লাইজগুম অতৎপা লৈতনা শোল্লি।

তশেংনমক ঐ অঙাওবগী পান্দমগুম মহাকপু নুংশিরম্মী। ঐ য়ারী অসি অদোমগী মফমদা শন্দোক্লা লীবসু ওমজরোই মরমদি নুংশিবগী য়ারীসিদি মফম মতম খুদিংমক্তা ইমান-মমাম্নবনি। ঐনা মহাকপু চহি অমফাওবা ক্ষিভম অসিদা য়েংহুনা লৈরম্মী। ঐ মহাক্কী মওং মতৌ, শাজৎ য়াঙাং পুন্নমক্তা থরায় লুপ্লম্মী। মহাক্কী কাইহৌবা মীংয়েং পুক্লিং জনবগী মশক ওইরবা শাথেক অমস্তুং খোয়থুম্নরবা য়াহৈ য়াত্তা অহুদা ঐ পুম্মুন মুনখ্রে। ঐনা মহাকপু থরায়দগীসু হেন্না নুংশি। মঙোন্দা য়োংচ,বীগুন্না চিংশিনবগী শক্তি লৈ মহুনা ঐবু পুন্দুনা থমখ্রে। খুত্তা হাং-কোরা চনবগা মাম্নখ্রে। ঐ জ্ঞান পুংমাং মাঙখ্রে। অহিংনি নুংথিল্লি হায়বা থংজিল্লক্লে অমস্তুং ঐবু সংসারসিদা লৈরিব্রা নত্রগা সুন্দ্রংদা লৈব্রা হায়বসু থংদ্রে।

অহুবু ওস্তোকপনি। মহাক থংহৌদনা লৈখিদ্রে। করমদোনা? ঐ ইশামকসু থংদে। করম্নসু থংগদৌরিবা? নুমিদাংয়াইদা লোং তাবা নুমিং অমদা মহাক ইচোং চোংনা ময়ুমদা হল্লকখি। মথংগী নুমিংতদি মহাক নিংথম চন্দুনা ওমদবা হৌখ্রে। হাপ্তা

অমরোম অহুমতোনা লৈরম্বদগী অনাবা হেঞ্জিল্লক্লুনা মহাক লৈখিদবনি। মতমত্তুদা ডাক্তর লাকই, হিদাক ইরম্মী, নর্স লাকই হিদাক লাংথক তোক্লম্মী অহুগা চংখি। মাগী মথুৱাক অহু মৈমুক শাই। মমিং চ্ছাংশং ঙাংজি। মকোক অহু চাক-থেকপদোনা শাই। অহুবু মশক অহুদি ফিভম ইকায় কায়দে। ঐনা মঙোন্দা ৱা হংজি। মহাক্তস্থ খুম্মী অহুবু করি হংজি করি করি খুম্মী হায়বা ঐ শুকনিং মিংশিংজে। মরমদি সংসারগী পোৎ পুম্নমক ঐগী কোক্তা নিংশিংবা লৈজে, ঐ লোইনা কাউজে। ঐনা নিংশিংঙিবা হায়ববু মহাক্কী অরোইবা নিংশা শোরগী মখোলতুতনি অহুদগী মহাক খ্বাইদবী মাংখ্রে মহাক্না অরোইবা ওইনা করি হায়রম্বা নত্রগা হায়নিংঙম্বা হায়বদু সুকখং খংদ্রে।

নর্স অহুনা নিংশাশোর মপী হোল্লম্মী অহুবু ৱান্দি ঙাংদে। ঐ খংঙে— লোইনা খংঙে। অসিদগী হেনবা ঐ খংদ্রে। পাদরী অমা লাকই মানা ঐঙোন্দা হংজি— "লৈক্রিবী নুপী অসি নহাক্কী নুংশিনবীরা"?

ঐ পুক্কিংদা ৱাৱোরে— শিরে হায়দুনা মীবু থোওইদনা পা থি থিজিনবগী করি অধিকার লৈ? ঐনা পাদরীদু লাক্তুনা ইম্বোকখ্রে। অতোপ্পা পাদরী অমা লাকএ। মহাক্তি খর ফবা মীওইনি মহাক্না ঐঙোন্দা অমা নুংশিনা পুক্কিং কাথবিরগা ৱা থরম্মু হংজি। ঐগী মিংথম্লী-পি তাখিবা শংহোদে। অরোইবা সংস্কারগীদমক পোৎচে লাকশিল্লে। ঐঙোন্দস্থ ৱাংতাম্লে। ঐ

ভার হুদে। ঐনা উরিবসি মাঙ্গী অশিবা মুশাবা কুশিবা ফিদক গহত্রবি অহুগা কুরা নুংশাংবা মোংগী থাবুগী মখোল চুহত্রবি ঐনা তারিবমা।

মহাক লৈবোন চনখ্রে। লৈবাক্তা তিমখ্রে। ঐগী নুংশিনবদো লৈবাক ওমখ্রে। অরোইবা মতমহুদা মী য়াম্না তিমমদে। অরুবা মরুপ মপাং খরদমক য়াওই। ঐসু কোয়চং চৎহুনা লৈরম্মী। মখন্মী নুমিংতদি ঐ লংথে অমদা চৎলম্মী।

ঐ পেরিসতগী থুংত্রে। কা মপুংদা লৈরিবা কমুং কাদুং ফরনিচর অমদি পেংচৈ পুম্নমক মুম্না য়েংতুবদা মথরায় মমি চেনখিবগুম উরম্মী। ঐ কোকথক্তা ব্রজ তাবদোনা ব্রাখ্রে। পোংচৈ ময়ামহুগী মমাংদা ঐ লেপ্পা তমখ্রে। ময়ামসিগী তুংনকম ওইহুনা মহাক লৈরম্বনি, পোংচৈশি অমিগী মচেক ময়াদা অমদি মচি মুক্রমদা মহাক্কী নিংশাংশারহু লোংতুনা লৈরম্বনি। ঐনা চৎলুগে হায়রহুনা টুপী পায়খৎলগা থোংলোমদা ওস্তোরকপমক্তদা শরুয়েংমিংশেল অচৌবহু উরে। মহু মহাক্কা চংলমদাইদা মফি মস্কোল মোংপ্রা নত্রগা হকচাংগী ফিভম কায়ুবা য়েংনবা মকমহুদা থম্বনি। ঐ তাইহাক মিংশেল মমাংদা লেপ্লে। মিংশেল অসিদা মহাক্কা অস্কুক তোয়না মমিহু য়েংতম্মী মহুদি মিংশেল অহুনা মাগী মমিহু ফাজিন্দুনা থম্বগুম মশাক্কু তাহুনা লৈরে। ঐ হকচাংসি থক্কু থকু নিক্তুনা মিংশেলদা মুম্না য়েংহুনা লৈরম্মী।

অরূংবা মথরায় পান্দবা মিংশেল অহূনস্ু মাগী শক্তম অহূ মমি ওইনা ফাজিন্দুনা থম্মী। মতৌ অহূম্না ঐগী লাংতক্লনা খোৱাংঙবা মিং অসিনস্ু মাগী শক্তমহূ ফাজিন্দুনা থমলি। ঐখা মিংশেল অহূ শোকতুনা য়েংবদা তইং তইংঙি। অৱংবা মিংশেন্দুনা ঐবু ইনৌ বোনা মহাকপু নিংশিংহল্লে অমুক নৌহৌনা অৱাবগী ফিভম ওইহল্লে। অমুক মমি উরম্মপা অমুক মুংখিবা মিংশেলদোগুম তৌবা থম্মোয় পানবা মীওইশিংসি কয়াদা মরাইবক ফগ্রবনো কনাগুম্বনা য়েংঙগা মমি তাই য়েংদ্রগা তাদে। অহূগুম্না মখোয়গী থম্মোয়দগিদি হৌখিবগী ৱা পুম্নমক কাউখিরমগনি। ঐগীদি মহূ নত্তে হৌখিবগী ৱারী পুম্নমক মুংশিবা হায়বহূ ওইহূনা থেন্দুনা লৈরে মাগী শক্তমহূনা অপায়-মুংশিগী মমি ওইহূনা তাহূনা লৈরে। ওস্তোক্লা ৱারেবা ঐহাক্তি।

ঐ য়ুমদগীদি থোরক্লে। করিমতা থল্লুবা লৈতনা ঐ মোংফমদা চংলকএ মফমহূদা ইচম চম্বা মোংফম য়েংঙি। নুং অঙৌবগী মপাক্তা ৱাহৈ পরেং খর হক্তুনা থাবা উই— "মহাক্লা মহাকী মুংশিবহূবু য়ায়া লুমা নীংজরম্মী মহাকী মুপাহূনস্ু মাবু য়ায়া চানবিরম্মী অহূবু মুপীহূ লৈখিদ্রে"। মোংফমহূদা মতম খর য়াহিপ তাল্লগা মহাক লৈবাক্তা তিল্লম্মনি, মসি কয়াদা ৱাগ্রবা ৱাখলনো। ঐ নুংশামপী হোল্লগা লেপ্তুনা লৈরে। কোক পায়হূনা কপ্লে। খর খর মমশিল্লকলে। ঐ অঙাওবদোনা ভৌরম্মী মহৈ য়ান্দ্রবা অপাম্বা থুংদ্রবা প্রেমী অমনা

তৌবগুম। ঐ অহিং মোংশোইবা খুকখুদক কুম্নগা মকমতুদা লেম্নসিন্না খল্লম্মী।

অতুবু মোংফমতুদা অতুম্না লৈবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। করি তৌসিগে খন্ন খন্ন অশি লৈবাক্তুদা ঐ কোয়চৎ চৎলে। মসিদা লৈরিবা ফিভমগা অহিংবা সংসারগী ফিভমগা কয়াগী মতিক খেন্নবা? ঐখোয়না অরংবা অরাংবা দলান পাম্মী, অপাকপা অনানবা লম্বীদা চৎনিংঙি। মী অমনা মোংফমসিমুক পাকপা লম পাম্মী। মসিদদি মীরোল মরিরক্কী অশিবকৈ লৈরোল চনগ্রবনি। ঐখোয়না সংসারগী পোৎ-চৈ পুম্নমক শিজিন্নবা পাম্মী।

ঐখোয়গী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতি পুম্নমকপু শেমগৎপিরম্মা অমসুং লমজিংবিরম্বা অহল-লমন ইপা ইপু ময়ামগীনি হায়রুনা খাকইবা মফম অসি কয়াদা পীকপ্লবনো। মখোয়গীদমক ঐখোয়না করি খনবি? ইংখোল-লমহাং মচা অমখক থগৎরিবসি মত্তায়রে। ঐখোয়না মখোয়বু নিংশিংবিদ্রে। পৃথিবী মাতানা মখোয়বু থাগোম্নবিক্রে। ঐখোয়নদি থোওইনা খনবিদ্রে। অকাউবগী লমহাংনা মখোয়বু য়োংশিনক্লে। ঈশ্বরনা মখোয়বু থৌজানবিবা ওইসনু।

মথং মথং কোয়রকপনা ঐ মোংফম অমনবী য়োরে। মফম অসিগী মোংফমশিং লোইনমক মচেং মচেং কায়ক্লে। অশিন-শিংতু লৈবাক ওনক্লে। মথক্তা য়ুংবা উ-কারন অমসুং উবাকশিং

লোইনা কিন্থগ্রে। মনাক মনাক্তা উপাম্পী, লৈ, মোংক্লোংথ্রা হৌগংলকলে। অংনৌবা মোংফমন্থ অমুক তোংথাক্রে। মফম অহু য়াম্না চিকগ্রে। মফম অহুবু অসিবগী শক শয়ানা ঙাক-শৈল্লি। 'ঐ ইতোমতমি উপাল অমগী মথক্তা কাথংলে, অতুগা অকুপ্তবা উশা মরক্তা লোংতুনা লৈরম্মী। কমাগুম্বনা অতেকপা অহাংগী মগুলদা কাথংলগা চেংনা কোনবগুম ঐ উশাহুদা চেংনা কোম্লম্মী।

অহিং ওইশিল্লক্লে য়াম্না মমগ্রে। ঐনা মথক্তুগী বুমথরগা অশি-লৈবাক অহুদা কোয়ন, চংপা হৌরে। ঐনা মহাক্কী মোংফমহু থিরম্মী অহুবু থিবা ফংদ্রে। পুরুথুদক বুন্দুনা চংলগা থুংনা মাহুনা থিবা হৌরম্মী। মোংফমগী নুঙ, অপংপা লৈন-চিংবা পোং পুন্নমক মিংতাংবদোমা মা-মাহুনা থিরম্মী। নুঙদা হুকইবা ময়েকশিংহু থুংনা মাহুনা পাবা ফোংনৈ। অহিং শুক্রা মমগ্রে। ওহোকপনি! অম্নকপু থিবদি ফংদ্রে। নীংবা কায়রে।

থাম্থ থোক্লে কয়াদা অকিবগী মশক ওইপ্রবা অহিংনো! ঐ মত্তো পীক্তা কিয়ম্মী। মোংফম মরক্তুদা লৈবা পুরবা লম্বীহুদা ঐ লোগ্লে। মাম্নগে মখিমক্তা মোংফমগী মোংফম ঙাক্তা লৈগ্রে। থুংনা চংখহু উপপোংনক্তে। র মনপ্রহুনা ঐ মোংফম অমগী মথক্তা ফম্মে। হুকচাংগী লু-তাং পুন্নমক চিক্ চিক্ লাউগ্রে। ঐগী নিংদোন তিং তিং চোংবহু ঐ তংরে।

থংহৌদনা অঙকপা মখোল অমা তারম্মী। এঃ কদোমদগী মখোল্লো? ঐগী থুককংল্লবা থম্মোয়দগীরা? অশিবা ময়াম

ক্লমগ্রবা অচিকপা লমহাংসিদগীরা ? মায়গৈ মরিমক্তা য়েংঙে। য়াম্না কুইনা মখোন্দু তারম্মী। কিম্নগ্রহুনা ঐ খোঙ থাংদ্রে। কোকথক্তা ব্রজ তারকদোগুম তৌরম্মী। ঐ শিবা তায়মাল্লে খন্দুনা কন্না লাউরম্মী।

ঐনা কম্মিবা নুংহু লেংঙবোই মীংঙে। তশেংনচক লেংঙে। নুংপাক অহু চেপখংলক্লে অহুগা চুম্না য়ুংখংলকএ। ঐ কন চোংথোরকপদা অতোপ্পা মোংফম অমদা তারে। নুং য়ুংখংগ্রবা মোংফমহুগী মনুংদগী অশিবা মী অমা থোরকখগা নুং অহু মহাক্লা তোংঙান্না ইশ্নোক্লে। নুমিদাংহু মম্বদি মম্মী অহুবু মহাকী নুংপাক্লুদা হকইবা ময়েকতুদি ঐ শেংনা উরম্মী— "মসি জেক্যুস ওলিবক্তগী মোংফমনি মহাক চহি ৫১ শুরকপা মতমদা শিবনি। মহাক থৌজাল হৈবা মপা অমনি। মাগী নুপীবুস্থ চান্না ল্লুনা তৌজরম্মী। মহাক মবুক শেংবা অফবা লমচৎ চৎপা নিপানি। মহাক শিরে। ঈশ্বরনা মহাকী আত্মাদু শান্তি পীবিসনু"।

অশিবহুনা মাগী নুংপাক্তা ইরিবা ব্রাহৈশিংহু পারে। মহাক্লা মচিন তুম্না নুং অমা পাযরগা ময়েকশিংহু হন্দোকহুনা মুথংলে। অহুগা অঙাংনা মৈথেৎ মচৈ পায়রগা ফক্লাংদা ইবদোনা খুদোম্বীনা ইবা হোরে— "মসি জেক্যুস ওলিবক্তগী মোংফমনি। মহাক চহি ৫১ শুরকপা মতমদা শিবনি। মাগী কক্তবা থবক কন্নামুক উবদা মপাহু থাংবা ঙমদহুনা য়াম্না নৌনা শিখি। মহাকপু মপুন্সিচুপ্পা মুপী অমস্থং অঙাংশিংদা অত্যাচার তৌরম্মী।

মহাক্না য়ুমলোন্নবা কৈরোই-লৈকাইগী মীশিংদা নমথাক কয়া তৌখি। লুৎ-পাং কয়া তৌখি। অহুনা মহাক য়াম্না ফত্নবা অমদি অতোনবা ফিভমদা মীশি চাদনা শিরে। ঈশ্বরনা মহাকপু মীচৈ পীবা ওইসনু"।

মহাক্না মহু ইবা লোইরগা অমুক পারম্মী। ঐ মায়গৈ মরিদা লৈহুনা য়েংঙম্মী। মোংফম খুদিংমক চেকখায়রে। অশিবা পুম্নমক মাগী মাগী নুংদা হান্না ইরম্বশিংহু মুথংলগা অশেং অশেংবা থোদোক ৱারীহু ইনরম্মী। ঐনম্থু মখোয়না ইবশিংহু পারম্মী। মখোয়না অরান-অরানবহু মুথংলগা অচুম অচুম্বহুত ইনরম্মী। হায়া ধর্ম্ম লৈবা, লমচং ফজবা নুপা, লমচং ফজবী নুপী, মিনুংশি খংবী লৈশাবী, তুংদা ফরক্কদবা অঙাং, পুকচেল শেংবা মহাজন ওইরম্বশিংহু হৌজিক্তি— মীনম্বা অরানবা তৌবা, হুরান-চিন্থিবা লমচং চুমদবা, মীগী মাংনবতা তৌবা, তুক্কচনিংঙাই ওইবা লমচং চংপা চংপী ঙাক্তা ওইরক্লে। অসিবশিং অসিনা মতমচুপ্পা লৈরগদবা মশাগী লৈফমহুদা কল্লবা কিনিংঙাই ওইরবা অশেংবা ৱারী-থোদোক ঙাক্তা ইরক্লে। তশেংবা থোদোকশিংহুদি তাইবংপান্দদি খংনরমদে।

ঐনা রাখল তৌরম্মী— ঐগী চান্নবীহুনম্থু করিনো খরদি শোয়দনা ইরম্বগনি। ঐ কিবা থাদোক্লে। অহুগা ফিঙৌ ইনবা অসিবশিংহুগী মরক লিংতুনা ঐগী চান্নবীহুগী মোংফম থিবা চংলকএ। কংগনি হায়নম্থু থাজরম্মী। অহুনা মমৈথংদদি

ঐনা মহাকপু উরে। মহাকী মায়থোংহু য়াম্না মন্থরম্মে অদুবু ঐনা মাবু হেক্তা খংডি অদুগা মাগী নুংথক্তা ইবিবা ময়েক্কুস্থু উরে।

"মহাক্না মাগী নুংশিজবা নিপাদুবু লুনা খঞ্জরম্মী। মহাক্কী নুংশিবদুমন্থু মাবু য়াম্না নুংশিজরম্মী, অদুবু মহাক শিরে"। মৌজিক মতু মুথংলগা মদুগী মফমদা অস্থুম্না ইরম্মী— "নোংমা মহাক্না মাগী নুপাদুবু নমথাক তৌরম্মগা অতোপ্পা নুপা অমা উনবা চংলুই। মহাক নোং চোংতুনা ঈংবদগী নিংথম চন্দুনা নারে। অম্মুন্না মহাক শিরে"।

মথং নুমিংকী অয়ুক অঙনবদা মী খরনা ঐবু মোংকমগী মন ক্তা জ্ঞান মাংহনা লৈরম্মহু থেংনখি।

---



## করৌলী কিসফ্লুদী শোক ১৭৮৮—১৮৩০

( হংগেরী সাহিত্যগী অথোইবা লেখক )

[ করৌলী তশেংবদি নতককারনি মহ ক য়াম্না ফজবা রারীশু ই। মহাক মীওইবগী লমচংকী মরমদা য়াম্না কুপ্না রাখল খঙবা মীশক্নি। মীওইবগী অকনবা অমসুং অথোংপা রাখলগী মরমদা মহাক্না য়াম্না নুপ্না নৈনরম্মী। মহাক্কী বল্লনাদগী থোকপা থৌদোকশিংদা অশেংবগী মশক উবা ফংই। মহাক্কী পাত্রশিংগী কল্পনাগী ওইরবসু রারীদি লমচংকী অচেংপা য়ুম্ফমদা হৌবা ঙাক্লেম্মি। 'মশক উদবা চৈনাখোল মফম' হায়বা রারী অসি অলোচকশিংনা হায়নবা অথোই-অহেন শূদিংমক য়াওই। অদুমক ওইরবসু রারী হৌবদগী লোইবা ফাওবা অঙিংবগা মান্নে ]।

# মশক উদবা চৈনাখোল মফম

করৌলী কিসফ্লুদী

মমিং চংলবা ডাক্তরনি মহাক্না অয়ুক য়াহেম্রিবৈঙদা অনাবা অমা লাকএ অদুগা পাউ পীরমে করিগুম্বা মিনিট অমফাওবা থেংথরবদি ক্ষিভম চাদবা য়াই। ডাক্তরদু য়াম্না ফিংনা হৌগংলে মফি হোংদোক্লগা মীনাইদুদা য়াথং পীরে—"অনাবদু মনুংদা পুশিল্লকও"।

খুংঙৃরিবা নিপাহ্ন ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মী মাল্লি। মাগী মায়থোংদা মকাশিল্লিবা অমসুং পাখংপগী মঙংহু টিবদা হুকচাংগী লায়নাদি মান্দে। মহাক্কী য়েংথংবা মখুৎকী খজেংদা ফিনা পুন্সিল্লী মহাক্রুদি য়াম্না কন্না খঙজে অহুবু মচিন্দুদা চৈনাখোল ফংবগী খোল্লাও হেক হেক থোরকখি।

"অমুক্তা লেংশিনবিয়ু - অদোমগী করি সেবা তৌসিগে"? ডাক্তরনা হংঙি—

হাপ্তা অমা ফারে স্নুকতুম তুম্বা য়াদবা ডাক্তর। ঐগী য়েংথংবা খুংতা অনাবা অমা লৈ মসি কেন্সর ওইরমগদ্রা নত্রগা করম্বা অকিবগী মশক ফংলবা লায়না অমনো ঐ ভাব তদ্রে। অহুগা করি তৌগ্রবনো হায়বসু ঐ খংদ্রে। অহানবা হোগংলকপদদি ঐ কয়া খোশাক্রুদে অহুবু হৌজিক্তি চিকপনা খাঙবা ঙমদ্রে মিকুপ খুদিংগী মসিনা ঐবু চবা হোরে। খাঙবা ঙম্বগী চাং হেনগ্রে। ঐনা সন্তর অদিদা লাকইবসি নহোন্দা অনাবসি য়েংহন্নবগীদমক্তনি মসিনা পুং অমগা চোম্বমা নরবদি ঐ ভাওতুনা চংপা তারে। ঐনা হায়জনিংবসি— মফম অসি য়ারবদি কোংথোক্লগা লংশেকপিগ্রো নত্রগা মৈ থাদোকপিয়ু নত্রগা করিনো পান্থে অমা তৌবিহনা অনাবসি কোকহনবিয়ু"।

ডাক্তরহনা অনাবহবু মপুক্লিং থোগংলহনা হায়— "এ! মসি ককথং-খোংতেংপগী দরকার লৈত্তে"।

"নত্তে! নত্তে! মসি ককপিয়ু নারিবা চিকইবা শরুক মফম অসি ককথংলগা লৌথোকপিগ্রো। ঐনা নঙোন্দা লাকচরিবসি

মসিগীদমকনি। মসি নন্তবদি অতৈ লাইয়েংনদি কান্নররোইবে।"। মহাক্না স্নান্না তপ্না মখুদাংদা পুল্লিবা কিশিন্থু খোকঅগা হায়রকই—"ঐ নঙোন্দা অমুক্কসু নিংশিংজরী নহাক্না ঐগী খূদাংসিদা অউবা শোক-পনবগী মকম লৈতে হায়না চি নবিন্নু। ঐগী অনাবসি থাঙ্গেশেংনা অঙকপা অমনি"।

ডাক্তরহুনা অমুক্কসু তপথহল্লহুনা হায়— "ঐদি নুতিগী অঙকপাঙাক্তা উহুনা লৈরবনি অহুনা ঐঙোন্দদি করিগী অমুক অঙকপা ওইক্কনি"। মসি হায়রহুনা ডাক্তরনা মাগী খুং অহু মুন্না য়েংঙে অমুকসু হাইহুমা-নোমহুনা য়েংঙি। করিসু থোইনা কান্নবা লৈতে। মচু ওনবসু লৈতে ইফ ফবা খুং অহুগা অহুম মান্নে। অহুবু নিপাহুদদি অকিবা ফংনা নাবা অমা ফাওরি। ডাক্তরনা ওয়থংবা মখুৎ অহুগা পায়রগা খুবাক অনিহু খুজিন্নরম্মী মহুদা নিপাহুনা নামমগ্রহুনা খংলাউ লাউরম্মী।

"নহাক্কী নারিবা মফমসিবু কদাইব্রাইদনো"? ডাক্তরনা হংঙি। মহাক্না খুদাংগী অচৌবা শিংলি অনিগী মরক অহাংবা মপাহুদা থিন্দুনা তাকই। ডাক্তরনা খুদোন্থীনা মফমহুদা শোক-উবদা নিপাহুনা মখুৎতু শংচিং চিংথোকখি।

"অহুদা ওইরে নারিবসে"?

"হোয়, মানি মসিমক্কদনি অয়ো! শিরে, শিরেদনা ঐদি"।

ঐনা খুদোন্থীনা শোকপহু নহাক শোকই হায়বা খংব্রা?

অনাবহু করিমতা খুমদে। অহুবু মমিংকী মপিহুনা পাউখুম পিরম্মী। মহাক মপি শিন্থরম্মী।

"য়াম্না ঙকপ্রবা রানিদা। ঐদি মক্তমসিদা করিগুম্বা অশোয় অঙাম অমতা লৈবা উদেনে"।

"ঐসু অশোয়-অঙাম নত্রগা অকায়বা করিসু উজদেনে ডাক্তর! অদুবু চৈনাখোল ঙসিদি অসুম হেক্তিল্লকই। ঐ য়ুমদা হনখিবদা ইশাগী য়ুমদি য়োদনা ঈশ্বরগী য়ুম য়োরগদমাল্লে"।

ডাক্তরনা অমুক হন্না কুপ্না য়েংঙে। দুর্বীনকাসু শিজিন্নে অনাবদুগী অঙ্গ-অশা কুপনা লোরে। মকোক অদু নোমদুনা য়েংঙি।

"নহাক্কী উনশাদা করিগুম্বা অকায়বা লৈতে ঈসু চুম্না চেল্লি। পোমখং-খোংকংপসু য়াওদে। নহাক্কী খুং অসিসু ঐগীগুম্না অদুম তৌই করিসু শোয়দে"।

"মসিদা দাকফম অমা লৈবসিগী মনাক্তা খরা ঙাংশিনবগুম তৌরিবসিনা ওইরমাল্লে"।

"কদায়দা"?

অনাবদুনা খুদাংগী মরুমগী শরুক্তা শেল ময়েকমুক চাউনা কোইরপ কোয়না য়েকলগা হায়— "মসিদনি"।

ডাক্তরদুনা নিপাদুদা মুন্না য়েংঙে। অদুগা মবুক্তা খল্লি— 'ঙসিদি অঙাওবা অনগা লাম্না তৌবা তারমাল্লেদনা'।

"নহাক সহর অসিদা লৈবা তারে। মুমিং খরগী মতুংদা ঐ নহাকপু লায়য়েংবা ঙমগনি— ডাক্তরনা হায়।

"নত্তে ডাক্তর! ঐ মিকুপ অমত্তা ওবা ঙাইবা ঙমদ্রবনি। নহক্না ঐবু অঙাওবা ওইনসু খনবিগনু। অদুগা চোইরোন

পায়োল লোনবগী ফিভমদা লৈরবনি হায়নস্থ লৌবিগনু। 'মশক উদবা চৈনাখোল' অসিনা ঐবু ঙম্নোক্লা য়াহল্লবনি। ঐ নঙোন্দা খুরুমজরি— "মক্ষমসি শরুগা কোম্নবা ককথংপিরো"।

"হুঁক! ঐ ঙম্মোই" ডাক্তরনা খুম্মী।

"করিগী ঙম্বিরে তৌদেবা"?

"মরমদি নহাক্কী খুং অসিদা অশোয়বা অমতা লৈতে। ঐগী খুং অসিগা অমহানিনে"।

"নহাক্লা ঐবু অঙাওবনি হায়না খল্লমাল্লে। নত্রগা ঐ নঙোন্দা তাং-তৌরিবনি হায়না খল্লব্রা"? নিপাত্নুনা কুরিং-খাউদগী লিশিং অমগী নোট পুথোরকজগা টেবল মথকতা থম্মগা হায়রমই — "নহাক ঐগী য়াকমসিদা করিমতা চিংনবিন্নু। মসিগী-দমক ঐ লিশিং অমতং কংচগে হৌজিকমক ওপরেসন তৌবিদবা য়াদে"।

"হুঁক! নহক্লা সংসারগী লন থুম ঙম্নমক পীগে হায়বস্থু ইফ ফবা, অনাবা লৈবা উদবা খুং অমবু ককউ হায়বসি ঐ তৌরোই"।

"করিগীনোনে? নহাক্লা তৌরোই হায়রিবসিবু"?

'মরমদি মসি ঐগী শিনফমগী ওন্ন তৈনবা থবক্নি। সংসারনা নহাকপু অঙাওবনি হায়বসিমা হায়রনি। অতুগা ঐবুস্থ নহাক্কী অশোনবতুদা খুদোংচাবা লৌরে হায়বসিমস্থ খোকশনি। মী খরনদি— কর্ম্মা ডাক্তরবো অনাবা লৈ নত্রগা লৈতে হায়বা ফাওবা খংদবসিবু হায়গনি"।

"মহাক্কী চিকঅমহু করব্রা"? ডাক্তরনা হংজি।

"অনাবহু স্নকলে লৈরে। মহাক্না নোকঅদুনা হায়— ঐদি অচিকপদুমখে ককথংলগা লংশেকপ্রবোহই নীংঙে। চৈনাখোল খজিক্তংবুদি লৈ। অদুবু মুংশিং অশাবা শিংলমদগী অঙ্গংবা শিংলকপদোনা ঙংঙাইরে। ঐ অদু খরগা চেক্তশিনবু মচুনা ঐত্তোন্দা মুংঙাইবা কাওই।

মকমহু বেন্দেজ পুন্সিনপ্রে। অনাবা নিপাহু য়াম্না হরাওরে। মহাক হায়গী ফিভমহু ওইদ্রে। মহাক্না মখুং ওয়তুনা ডাক্তরগী মখুং পায়রহুনা হায়রমই — "ঐ নহাকপু করি হায়না থাগংসিগে"?

মুমিং কনা য়াম্না ডাক্তরহু নিপাহুগা উম্নবা হোটেলদা হেক হেক চংলি। মহাক্না নিপাহুবু য়াম্না লুনা খল্লম্মী। নিপাহু মাগী খুঙ্গংহুদা য়াম্না সম্মান তৌবা মীশক্নি। জিলা অহুদা লৈবা ইমাক-কৈরাক খুনবা মীওইশিংগা মরী লৈনরম্মী হায়বসি ডাক্তর অহুনস্নু খংঙে।

অম্নুম্না মহাক্কী শোককমহু নিংখিন। ওইশিল্লবা মতুংদা নিপাহু মাগী খুঙ্গংদা হনপ্রে।

নিপাহু হাপ্তা অহুমগী মতুংদা অমুক হন্না ডাক্তরগী মমাংদা থুংঙরে। মহাক্কী মখুং অহুদা অমুকন্নু বেন্দেজ য়েংশিল্লি। মকমহুমক্তদা থম্মোয় কায়নবগী মশক ওইরবা চৈনাখোল অহু ফাওরম্মী। মহাক্কী মায়খোংহু খোয়রুংদোন। মকশিল্লি।

মহাক্কী লাইবক্তা অঙৈংবা হুমাংনা চোংলম্মী। হেক য়ৌরকপগা আরাম চৌকিদা হিপথরে। রা অমতা ওাংদমা মথুং য়েংথংবদু ডাক্তরদা লানশিল্লে।

'হে ভগবান ! হৌজিক অমুক কৈদৌরবা ? নিপাতুনা বাহেরদুনা হায় — 'ডাক্তর ! নহাক্না ওপরেশন তৌবা মতমদা মপুংফানা শেংনা ককথংখিদ্রমাল্লে ? অনাবদু অমুক হৌরকএ। হন্দমুক্তি ঐগী ফিভমসি হায়দগী হেক্লিন্না ফংল্রে। ঐ অসি তম্বায় অমা শিরগুম্লনি। ঐনা নহাকপু অমুক হন্না রাইনবদি পাম-দ্রবনি অদুবু ঐ খাওবা ওমদ্রে ? ওপরেসন অমুক হন্না তৌবিবা তারে।

ডাক্তরনা হায়রগী দাককমদু খেংডে। পুংফুন ফুজিল্লে। শিংলি অমতা ফাওবা কায়দে। মশাদা অরূমস্কু লৈতে অদুবু থক থক নিকই।

"ঐ ওসি ফাওবা অসিগুম্বা লায়না অসি থেস্থু-থেংনদ্রি অদুগা থংস্থু থংদ্রি"। ডাক্তরনা হায়রকই।

হন্দকমুকস্থু ওপরেসন তৌবা তরংনা হায়রগী মতৌগুম অনাবদু লেনথংলগা লংশেবলে। চিকপদু যরে। নিপাতু অনাবদি কোকএ অদুবু মোকপদি ওমদ্রে অদুনা য়ম্না অরাবা খোজেন্না ডাক্তরবু থাগংলে। "থামুক্কী মতুংদা ঐ অমুক্কা নহাক্কী নকমদা লাকপা য়াই" মহাক্না চংবা চংনা হায়রকই।

"নহাক অদুমহায়না করিগী খল্লিবনো"?

"ঐনা হায়রিবসি কুম্না হায়বনি। ঈশ্বর নৈ হায়বনি অদুবনি অহুশুম্না ঐগী রাসি চুমগনি"।

ডাক্তরহুনা অতৈ মরুপ-মপাং ডাক্তর কয়াদা রারিসি লীরম্মি। মহৈ মহৈ মাগী মাগী মোং পিনৈ অদুবু চপ চারা ল্লায়রনা লায়েংদি তাকপা ঙম্মদে।

থা অমা হোৎখ্রে। অনাবহ্ লাক্লে। হাপ্পা খরসু হৌরে অনাবহুগী মহুত্তা মহাক্কী চিঠি অমা লাকখম্মী। ডাক্তরনা খল্লি অনাবহ্ ফরমাল্লে। মহাক্না হরাও হরাও চিঠিহ্ হাংদোক্লে। মহুদা ইরম্মী –

"মুংশিরবা ডাক্তর! ঐনা নহাকপু ঐগী অনাবগী মরমদা চিংনবা লৈহন্নিংদে। ঐ মসিগী অথুপ্পা রারোল অপি লোয়নহুনা শিবমু পামদে। ঐ হৌজিক্কি ঐগী অকিবগী মশক ওইরবা ল্লায়মা অসিগী মরমদা নঙোন্দা রারী শাদোকপা পাম্মে। হন্দক অমূক অহুমলক শুবা অনাবসি ফোরবনি, ঐ লায়েংবা পামদ্রে। অহুনা ঐনা অনাবা মফমহুদা মৈতাল অচাকপা অঙাংবহ্ থম্মে। মহুনা ঐ নঙোন্দা চিঠিসি ইবা ঙম্মনি অচাকপা মৈতাল অহুনা তমথিরবা অনাবগী অচিকপহ্ হাংখ্রে হুঃ অমনা হুঃ অমরু হাৎপগী পান্দমশুম।

থা তরুকী মঙ্গাংদা ঐ অমি মুংশাইনা নৈজবা মীশক অমা ওইরম্মী। সম্পতি চাউনা লৈরম্মী কম্বিশুম্বা অরাৎপা অমত্তা নৈক্তে। ঐ বহা ওইবগী মুংশাইবা ঈপাক্তা তাউহমা, তাইথং-পালগী অকে-অমো' পোৎচে পুরমক শিজিনরম্মী। নুংহোংবসু

চহি অমতা ঙায়রি। ঐগী নুপীচ় মশক ফজৈ মীনুংশি থংঙি অমস্তুং জ্ঞান য়ান্না ত্তাই। ঐগী নুপীচ়না ঐবু নুংশিনা তৌই। মতম অয়াম্বদা ঐবু কিনা খজৈ। অস্তুন্না থা তরুক্তি হয়াও তম্বান্না লৈরে। নুমিৎ খুদিং অমৌ অনৌবা নুংঙাইবগী পাউজেল ঙাক্তা লাকঅম্মী। সহরদা চৎলবস্তু মহাক্মগী মনাক্তা ঙহাক্তং পোংথারগা হেক্তা হল্লকই। মহাক মতমলৈবাখিবিক্তা ঐগী ইনাক্তদা লৈজরম্মী। মসিদগী করিগুম্বা মতমদস্তু ঐঙোম্মা নুংঙাইতবা থোকই। মহাক অতোপ্পা নুপাগা জগোয় শাদে। মমঙদা ফাওবা অতোপ্পা নুপা য়েংদে। অতোপ্পগী রাখল খনববু পাপনি হায়না খল্লি। মাগী লমচৎ অসি ইপং পংবা ইচম চম্বা অঙাং অমগী মওংনি।

ঐ ফজনা হায়দোকপা ঙমদ্রে। ঐনা খল্লি নুপী অসি য়াম্না শিংবা অমদি চাউথোকপা হৈবা জা নি। মাগী মতৌসি তৌশিন্নবা ওইরমগনি। অস্তুন্না মীওইবনা করি করিগুম্বদা নুংঙাইবা পুন্সিবু মশানা মাংহনজবা অপঙবা থবকসি হেক তৌই।

মহাক্কী অপিকপা ফি-তুনবগী মেছিনগী মেজ অহুনা উপু অশংপী অমা পাল্লি। মহু মতম অয়াম্বদা শো লোন্নবা থম্মী। শো অহু মশাদা লোৎতুনতা থম্মী। মসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইদ্রে। মহাক্না মসিদা করি লোৎলিবনো? ঐ মসি খংবিংবনা প্রোক প্রোক চাকপ্রে। মানা ঐবু নুংশিরিবা, নুংশিনবা তৌরিবা

পুন্নমক ঐ থাজরক্রে। পুন্নমক অসি তাং-পাং অমদি ওইদবা ভাক্তা ওইরমাল্লে খল্লে।

নোংম। মহাজনগী নুপীনা ঐগী নুপীহূবু কৌবা লাকখি। নুপীহূনা থেমহূনা ঐগী নুপীসি পুখ্রে। ঐনস্তু মঙোন্দা হায়খি। ঐ লুমিন্দুংবা মতুংদদি মফমহূদা শোয়দনা লাকনি।

গাড়ীহ্ থেঙ্গাল লানথোক্লমখিরোই ঐনা শোমদা উপু অশংপী মচাহূ হাংদোকপা হোৎনরে। শো কয়ামুক শিজিন্নরবা মতুংদা মহ্ হাংদোকলে। ঐনা মাগী পোৎ চৈশিংহূ মথং মথং য়েংঙে। মমৈদা কাব্রংগী কিনা য়োম্বা চিঠিগী বন্দল অমা থৈংনরে। নুংশি চিঠি মাল্লি। মহূমকস্তু ওইরম্মে। মনম নুংশিবা গুলাপ মচুগী ফিজেৎ অমনা য়োমহূনা লৈরম্মী।

ঐদি করিমতা খলহৌদ্রে। ঐগী নুপীগী লৈশাবিরৈঙগী অথুপ্পা ময়াম খংননবা খিগংপা অস্নুক হস্তবা থবক অসি ঐঙোন্দা করি লেমজনিংঙাই ওইবগে? অহূবু খংনিংমনখিবনা মাংওইনখিহূনা ঐনা চিঠিশিংহূ পাথোকলে। চিঠিশিংহূ ল্লুহোংলবা মতুংগীস্তু মান্দে।

মতাং অহূ ঐগী পুন্সিদা থ্বাইদগী তমথিবা মতমনি। চিঠিশিংহূ পাক্লবদা য়াম্না ইকাই খুম্নিংঙাই ওই বা নিংপা অমং মকমদা ভাকপিবা য়াদবা মঙাল অমা, বিশ্বাসঘাট অমা তৌরুরে হায়বসি ফোংদোক্লে। চিঠিশিংহূ ঐগা য়াম্না নক্লবা মরুপ অমনা ইবা ভাক্তনি। চিঠিশিং অহূদা য়াওরিবা রাহৈ রাতাশিংহূদা থম্মোয় শোক্লা নুংশিবা অমস্তুং অক্লবা হকচিনবা রাখল য়াওই।

ঐগী মরুপ অসিনা মসি কমদৌনা লোৎলিবা। মহাক্কি মতম অয়াম্বদা নুপাগী অপঙবা মতৌসিগী মরমদা রাজী শাহুনতা লৈবনি। চিঠিশিং অহুদা ঐগী নুপীবু ঐঙোন্দা নমথাক তৌহন্নবগী অঙকপা থোওং কয়া তাকই। চিঠিশিংহু লুহোংঙবা মতুংদা ইবা ঙাক্কনি। ঐ অসি কয়াদা পঙগ্রবা মীনো ইতোমতা মুং-ঙাইরে খল্লুরিবসে। ঐনা হুঃ অহু লোইবা ফাওবা থক্লোক্লে। হায়দৌনা চপচান। য়োমশিল্লগা থম্মে। উপু মচাহু শো অমুক লোনশিল্লে।

ঐ নুমদা রাই ফাওবা মহাজনগীদা চৎলুদ্রবদি মহাক শোয়দনা হল্লক্কনি। অহুমক ওইরম্মী। মহাক হল্লক্লে। হরাও হরাওনা গাড়ীদগী কুমথরক্লগা ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লকখি। ঐঙোন্দা কেল্লহুনা হরাও তয়ম্না রারী শাবা হৌই। ঐনসু চপ-চানা নুংশিবগী মতৌহু উংলি।

রারা ঙাইহাক শারে। চাক চামিন্নরে। নুতিগী মতৌঙুম মাগী মাগী কাদা চংহুনা তুম্নরে। মতমহু ফাওবদা ঐনা ঐগী থবক থোরম শীনবা লোইরে। ঐঙোন্দা অঙাওবা লাই তোংখ্রে। মহৌশা খুৎশেম লাইরেম্বীনা ঐবু অস্থক্কী মতিক কিনিংঙাই ওইরবা পাপ অসি লংজো হায়না করিগীদমক য়াথং পীরিবা। ঐ অহিং নেংয়াইদা মহাক্কী কাদা চংঙে। মহাক্কী নিংথিজরবা অমদি নৌ বা মায়থেংহু য়েংঙি। মহাক কন্না তুমথখ্রে। ঐগী হকচাং অমদি থরায় ঙম্নমক হুংনা কুপখ্রে। ঐনা ঐগী য়েংথংবা খুৎ অসিনা মাগী মখোরিদা চুয়া থম্মে অহংগা পাঙ্গল থাহুনা

মেংলে। অমুক্তুংদি মমিৎ পাংথোক্লগা য়ারা ঙক্লা ঐঙোন্দা য়েংঙম্মী অহুদগীদি অহুমক উইশিনখ্রে। অমুক পাংথোকলক্লে মহাক্লা মথৱায় কন্নবা ইথোক্লবা নাস্থোক্লবা করিমতা তৌরমদ্রে। ঐগী খুত্তা মশানা য়ানা হৱাও হৱাওনা থৱায় থাদোকখ্রে। নুংঙাইবা মঙগী মতৌগুম চংখ্রে। মাবু হাংলিবা ঐঙোন্দা করিমতা ৱাকৎলমদে। মহাক্কী য়ানুংদগী ঈ মরিক তমথক চোংথোরকখি অহুগা ঐগী খুৎতা তারম্মী। ঈঃ তাখিবা মফমদু নহাক্লা খংবিরিবা ঐগী খুদাংগী মফমদুনি। নোংঙাল্লকপদা ঈঃ মরিক অদু ফমজিল্লম্মী। ঐখোয়না মহাকপু মোংফমদা পুরগা হৌনবী মতুংইন্না ফুমজিনখ্রে। কনানসু আপত্তি তৌবা লৈখিদে। ঐ খুঙ্গং অদুদা লৈবা অমতা ঙায়বা জমিন্দাররনি। থিবিনবা হংবিনবা সরকারগী ফম্নাইবা কনাসু লৈবপোৎ নত্তে। অদুগসু কনামতনা চিংনরসু তৌখিদে। ঐ মহাক্কী মপুরোইবনি। মহাক্কী শাগৈ নাতৈগী মী. অমতসু লৈতে হংবি হায়বিনবা। ঐনা খবরদা মহাক লৈতবগী পাউ অসি ফোংদোক্লে মরমদি কনাগুম্বনা অয়েম্বদা পাংহং-হংঙক্লনবগী ৱানি।

থবক অসিগীদমক ঐনা থৱায়দা নিংঙমদবা করিসু লৈরমদে। ঐ তমথিরবা, নুংশি হৈত্রবা থবক অমা তৌক্লরে। মদুগীদমক চিংনবা হঙ্গোইবা অমতা লৈতে। মদু মাগীদমক মতিক চাবনি! ঐ ইৱার লায়না কাউথোক্লে। ঐবা অসুক্কী মতিক খোশাদনা হাংলিবা অসিগুম্বা কনাগুম্বা মীহাৎপা অমনা হাংলমগনি খাজদে।

ঐনা মাগী অরোইবা সংস্কার তৌরুরগা য়ুমদা হল্লকপ-মক্কুদা জামীন্দারগী মুপীহ্ য়েরক্লে। মহাক মঙ্গুম্না য়াওবা নংদ্রে। ঐগী মুপীনা খংহৌদনা শিবসি মঙোন্দা য়াম্না অকিবগী মশক ওইখ্রে। মহাক্না ঐবু পুকচেল ফাথনবনি হায়না ঙংলিবা রাঙাংগী খোম্লোক অহ্ অঙকপা মওং অমা ওইরে। ঐদি মাগী রাহ্ থোওইনস্থু তাদে মরমদি ঐঙোন্দা পুক্লিং ফাথবগী দরকারস্থু ওইরমদে। মহাক্না ঐগী খুৎ পায়রগা হায়রকই ঐ য়াম্না অরোনবা রারী অমা শাগে। নহাক মতাং চারে হায়হ্না খুদোংচাবা লোৗগে তৌরিবা হায়নস্থু খনগন্নু।

মহাক্না হায়রকই — "ঐনা নঙহাক্কী লৈখিদ্রবী মুপীদা চিঠি ময়োম অমা শিন্নহ্না থম্মী হায়রিবা পোং অহ্ ঐগী য়ুমদা থংক্ষম লৈতে, অদুনা য়ারবদি মহ্ ঐঙোন্দা পীথোরকও।" মহ্ তাবদা ঐ তু-মান খ্যাও চুংখ্রে। অহুবু শাশিন্নবা মায়থোংনা ঐনা হংঙম্মা চিঠিশিং অহুবু করি করি ইবা জাংনো? মহ্ তাবদা মহাক খংপ্রেক খংবগুম তৌই অহুগা হায়রকই নহাক্কী মুপীগা মান্ননা থাজবা য়াবা ঐগী মক্কুপ অতৈ লৈজদে। মহাক্নদি ঐঙোন্দা চিঠিশিংহ্না করি করি ইবগে হায়নস্থু হংখিদে অহুগা ঐনস্থু চিঠিশিংদু পাবীগনু হায়নস্থু হায়জরম্মী।

"মহাক্না নহাক্কী চিঠিশিংদু কদায়দা থনম্মী? মহাক্কী ফি-রোল তুনবা কোল অহুগী মেজগী উপু অশংপী অদুদা থম্মী। শোস্থু লোল্লি। মনম মুংশিবা গুলাব মচুন্নি ফি

অমনা য়োমহূনা লৈবনি নহাকস্থ উরবদি হেক্তা খংগনি। পুন্না চিঠি ৩০ (কুন্থ্রা) নি।" মহাক্না হায়রম্মী — শো হাংলগা চিঠিগী ময়োমহূ পীরগা হংডি- মসিরা নহাক্কী চিঠি হায়বদো?

মহাক্না মহূ য়াম্না খোৱাংনা ঐগী পুংতগী তাপ হেক্তা লোই। ঐগী থুক্ককংলবা নুংশাথীরবা মিংফম অসি মহাক্না উপ্রবদি চিংনখিবা য়াই খন্দুনা মঙোন্দা হঙ্গংনা ফাওবা য়েংজরে। মহাক চংঙ্ঙ্রে।

থৌদোক অহূদগী হাপ্তা অমগী মতুংদা ঐগী থম্মোয় কায়না নাবা অনাবসি মাগী ঈঃ মরিক তাখিবা মফমসিমক্তদা হৌরকপনি। মথংগী অধ্যায়মথৈদি নংাক্না খংবিরিহূনি। পুম্নমকসি ঐগী পুক্লিংগী অরানবা ওইবস্থ য়াই অহূমকপু ঐ লায়না অসিদগী নাম্থোকপদি ঙমদ্রে।

পুম্নমক অসে অঙাওবা ম্বাখল অহূগী অপুনবহূনা তৌখিবা মুংশি হৈত্রবা অত্যাচার অহূগী দন্দিনি। ঐনা করিস্থ খংজদ্রবা, মরাল লৈজদ্রবী, মিগুংশি চেন্নবী ঐগী নুপীগী মফমদা চংখিবা লমচং অহূগী মহয়নি। ঐ অমুক লায়েংবস্থ পামদ্রে। ঐ মাগী মনাক্তা চংলগা মাগা উনবা পম্মে। মঙোন্দা ইরাল কোকপীনবা হায়জরুরগে। মহাক্না শোয়দনা ঙাকপীগনি হায়বসি ঐ থাজে ঐবু তাইবংপান্দা মহাক্না মুংশিবগুম লাইরমলেন্দস্থ মহাক্না ঐবু মুংশিনা-লুনা তৌগনি। ডাক্তর সাহব! নহাক্না ঐগী অনাবা কোক্লবা ইতেং পাংবি- খিবহূগীদমক ঐনা নহাক থাগৎলি। ধন্যবাদ!

এচঃ ঐচঃ মনরো সাকী ১৮৭০-১৯১৬ ইং

নোংক্লিংবা অমসুং হরাওবগী সাহিত্যগী

ঙাথোইবা লেখক :— ইংলেন্দ

[ বর্মাদেশতা লাম্মীগী ইমুং অমদা সাকী পোকখি পুলিসকী থবক তৌই। লণ্ডন্দা হল্লক্লবা মতমদা পেপর অমদা লেখ ইবা হৌখি মহাক মশাদি অহানবা পৃথিবীগী লানফমদা শিখ্রে। সাকীগী ৱারীশিংদা প্রমান-পাম্বেগী সুংঙাইবা শক্তম উবা ফংঙি ৱারী অসিদা মহাকী কল্পনা-বুদ্ধিগী অমৌবী নোমুনাচু উবা ফংঙি। ]

# মনঙ্গল লয়মায়

সাকী ( ইংলেন্দ )

ক্লোভিসনা মাগী মরুপ পাউমীহৃদা হায়—"ভাই ! হনুবীহৃনা কলাগী মরমদা ঙাংঙিবা ৱায়ামহু মথক-মখা ওন্নবা অর্থ লৈতবা ঙাক্কনিদা। মহাকসি কলাদা ঙাওজবী মীতা ওইনদি তৌই। হেক থেংনবদা করিগুম্না লাইমেক অমগী মরমদা হেক্তা ঙাংহনা লৈরম্মী" হা···· সিমদি ফজে, সিমদি লোয়রে— অসিনচিংবা। মানা কলাগী মরমদা ঙাংবসি লৈবাক হরাই য়োনবনা লৈবাক হরাইগী গুণ থাগৎপগা চপ মানৈ।

নহাক্কী ৱাসি তাৱগা ঐদি হেনরী ডেপলেসকী ৱারীহুম নিংশিংলকই ……। ঐ নঙোন্দা লৗগ্রবদাই? পাউমীহুনা হ লকই—

"হুক! মহ ঐঙোন্দা লৗখিদ্রি"। ক্লোভিসনা খুম্মী। "অদুদি তাৱো! হেনৱী ডেপলেস হায়রিবা মাগী মৱমদা ঐনা হৌজিক ৱারী লৗগদৌরিবসে লক্সেমবর্গকী গ্রান্দ ডচীদা পোক-পনি। পাখং ফাৱক্লবা মৱক্তদা মহাক কম্পানী অমগী এজেন্ট ওইহুনা লংকৈদদা অয়াম্বা লৈ। গ্রেন্দ ডচীদা ইরৈ লৈতে। মহাক্না অৱাংথংবা ইটালীদা লৈরিঙৈদা ময়ুমদগী পাউ অমা লাকখি। মাগী নক্লবা শাগেগী অহল অমা লৈখিদ্রে। অহন্দুনা খনম্না সম্পত্তিগী শরুক খা মহাকস্ত ফংবা তাবে।

ফংগদৌরিবা লন অড যামদবনিনা হেনরীদা থোইনা মাহৌনিংঙাইদি ওইদে অদুমকপু মত করম্না থবক্তা শিজিন্নহৌ-সিগে হায়না ব্র খলদি খনবা হৌবে। সম্পত্তি হরাও-তয়াম্না অমদি নুংঙাইগোক্লনা মাঙহনবদি পামদে। মরুপ-মপাংশিংদস্ত খন্নরবা মতুংদা মক্কমতদা লৈবা লাইয়েকপা এন্দরে পিনসিনৗবু মতেং পাংবিবদা শিজিন্নবনা চুমগনি হায়না লেপ্লে। সিনোর এন্দরে পিনসিনী হায়বা নুপা অনি মতম অহগা লাইয়েকপা, কলাগী লমদা থাইদগী মমিং চংপা শক্লাইরবা মীশক্নি। ইটালীদা মহাক্না পাবিনবা লাইয়েকপা অমত্তা লৈরমদে। মরু ওইনা উনশাদা হংতুনা য়েকপগী থবক্তা মহাক য়াম্না নীংথিজনা হৈরম্মী। অদুবু মহাক য়াম্না নংঙি অমম্বং ৱানা মতম লেলম্মী।

হেনবীগা পিনসিনবীগা কুপ্পা বা ঙাংনরে। হেনবীগী নকল কজরবা লাইয়েক অমা য়েকপিবগীদমক ক্রাক চাতকক পুটুগে হায়বদা পিনসিনীগুম্ব য়াবে। ঙাংনবগী মতুং ইন্না হেনবীগী নকল মপাক্তা ওমশমগী শক্র মপাদগী হৌখয়গা খাংগী অকোয়বা কাওবক স্লাম্না কজরবা ঈশিং চাইবী (চীংদোল অয়াংবদগী নুজায়গী লোক-চপ্পা ঈশিং চেন্থবী) অমা য়েকপিগে হায়রে। মতম চংবা হংতুনা লাই অহ য়েকপিয়ে। অহুবু হেনবীগী পুক্লিংদা কবিঙবা লুংঙাইতবা, নীংদা খুদনবগুবা চিংনবা অমা নৈরবী। অহ ওইরবস্তু কলাকায় অহুগী হৈশিংবা অহুগীদমক হেনবীনা অপেনবা উংখি। হেনবীনা মহাকী চাম্নবা মরূপ-মপাংশিংদা মনঙনগী লাইয়েক অহ য়েংহল্লি। মরূপশিংহুনা য়াম্না থাগৎলগী অমগুং অস্তুম্না হায়—"মসিদি পিনসিনীগী খায়দগী হেম্না কজরবা, অয়োবী খুংয়েক্লি। হেনবীগী অয়োইবী কলাকৃতিনি। মসিগী মতুংদা মহাক অতৈ অমুক য়েক্লবস্থ য়াবে"।

লাইবক থীবদি, মীনা হায়নবগুম্না মহাক অতৈ অমুক হন্না লাই য়েকখিত্রে। মহাকী অয়োইবা খুৎয়েক অহুগী য়াকমন মহয় চাবা নংমনা মহাক নোঙ্মাদ্রে। কাওরবা কলাকায়হু ঈশ্বরনা চানবিরম্বে মহাক মথুং মতম চাকনা লাইগী খুম্না তাম্নদ্রে। কলাগী পূজাগীদো মাগী লুপীদং খনখমা তাইবংপান খাদোকদ্রে। হৌজিক হেনবীনা মঙোন্দা ক্রাক চাতকক খিগদবনি অমুবু পূজক অনিদা হেনবীগী খুদোংবীবা মখং মখং লাকলে। মহাকী অদোমী লোয়তো থজিজং কংকহনা কলাবু লুংশিনা অমদি পাকবগী

ৱাখলসি পোৎকখিবনি। অদুবু য়ু থকপদা খরা চংখি অতৈ অতে লাং-ক্যাংগা খরচত্তা খরা মাংহনখি হৌজিক মাগী খুৎতা ক্রাঙ্ক চামরিগা কুন্তু খক্তমক লৈহৌরে। মতু লৈখিদ্রবা কলাকার পিনসিনীগী নুপীদা পিক্রুরগে হায়দুনা লাকলম্মী। শেন্দাদু উবদা পিনসিনীগী নুপীদু য়াম্না শাউরে। য়াম্ন ঙাংঙে। মহাক্না হেনরীবু ৱারৌপিবদু শেল শুনা থীদে হায়বগী ৱা ঙাক্তা নত্তে। মহাক্না মপুরোইবগী খমথেংনা ফজরবা অরোইবা খুৎয়েক অদুগী মমল হংদুহল্লে হায়বগীদমক এন্দ্রেগী নুপীদু থোইদোক্না নুং-ঙাইরমদে।

হাপ্পা অমগী মতুংদদি হেনরীগী খুত্তা ক্রাঙ্ক চামরিগা মঙাখক্তা মঙায়রে। কলাকারগী নুপীদু অমুক্তা মৈ হৌনা শাউখ্রে। মহাক্না হেনরীদা কলাকৃতি অদু য়োম্বোকপা ঙম্মোই হায়রে। নুমিৎ খরগী মতুংদা হেনরীগী মনঙন্দা হৎতুনা য়েকলিবা এন্দ্রেগী ফজরবা লাইয়েক অদু মফম অদুগী ম্যুনি-সিপালিটিদা কংথোকখ্রে। ম্যুনিসিপালগী অথোরিটিনস্তু খুদোল অদু হরাওনা য়াৎনা লৌখ্রে। হায়রিবা পাউ অসি হেনরীস্তু স্তারে। মতু তাবদা হেনরী মকম অদু থাদোক্তুনা রোম তাম্না চেনখ্রে। রোমদদি মহাকপু কনানস্তু মশক খংঙোই অদুগা পিনসিনীগী কলাগী মরমদা কনানস্তু খংবিরম্মোই হায়না হেনরীনা খল্লি। অদুবু মনঙলোমদদি নোঙাপ্রবা কলাকার অদুগী মাইংগী পোৎলুম অমা নন্দুনা লৈরি।

নোংমা হেনরীনা ঈকজগে হায়না ঈশিং অশাবগী ঈকুশঙদা

কুরিং লোথোক্লগা চংখি। ঈরুশঙগী মপুন্থ অৱাংথংবা ইটালীগী মী ওইরম্মে। মহাক্না চোংশিল্লগা হেনৱীগী নঙ্গন্দা ফি অমা কুপশিল্লগা য়াম্না শাউনা হায়রকই—"মসিগী লাইরেক অসি বরগামো ম্যুনিসিপাল বোর্ডকী সম্পত্তিনি। বোর্ডকী অয়াবা য়াওদনা কলাকৃতি অসি হেক্তা উংথোকপা য়ারোই। মসিগী মরমদা ঐ রা য়াম্না ঙাংনিংঙি"।

থোঁদোক অসিগী পাউ অসি মৈগী মতৌগুম সহরগী মক্ষ্ম খুদিংমক্তা থুনা-যংনা শন্দোকখ্রে। প্রজা মীয়াম্না মসিগী মরমদা খংনিংবা হেনগংলম্মী লোয়ননা সরকারনস্থু অকনবা মিৎয়েং চবা হৌরে। হেনৱীবু ওলাংথাগী শারবা মতমদস্থু সমক্রুদা কুরিং লোথোক্লগা ঈরুজবা য়াহনখিদ্রে ঈরুজগে হায়রবদি ফি অথাবা অমা নঙ্গন্দা কুপশিনবা তাখি।

মথংদদি হেনৱীবু সমক্রুগী থুমহি য়াওবা ঈশিংদা ঈরুজবা য়ারোই হায়না হুকুম তৌখ্রে মরমদি থুমহি য়াওবা ঈশিংহুনা কলাকৃতি অহুদা অমাঙবা থোকপা য়াই। সরকারনস্থু বোর্ডকী হুকুম অহ য়ারে। হেনৱী হান্নদগী য়াম্না ৱানা লৈরবনি ফৌজিক্তি হিংহুনা লৈরদা হেন্না অৱাবা অমা ওইখ্রে।

নোমদি মঙোন্দা অতোপ্পা থংনবা লৈবাক অমদা চংনবগীদমক কোম্পানীদগী য়াথং অমা থারক্লে। মহাক্না মাগী কোম্পানীবু ঙমখৈ লৈতনা থাগংখিরম্মী। মহাক হৌজিক লৈবাক অহুদা চংলগা হুংঙাইনা পানবা য়ারগনি থমবদা য়াম্না হরাওরম্মী

অহবু মহাক্না হন্নাওবহ্ অন্নেম্বা ওইখ্রে। ফ্রান্স অমস্নুং ইটালীগী লমথৈদা মহাকপু চংহনখিদ্রে। সরকারগী ওফিসারশিংনা মহাকপু লৈবাক অসিদগী অতোপ্পা অমদা লান্থোকপা য়াম্নোই হায়না খিংখ্রে। ইটালীগী কান্নুন মতুংইন্না লৈবাক অসিগী কঙ্গুম্বা কলাকৃতি হায়বদি অয়েকপা শক্তম নত্রগা মমি লাই অমত্তা ভুমখৈ লাম্না পুথোকপা য়াদ্রে হায়না হেনরীদা খৃংহনখ্রে, অহুগা হুকুম অসি খৌশাদহুনা মহাক চেনগে হোংনরবা নত্রগা চেনখ্রবদি ফংবা মক্তমদা কাপ্পুনা হাংকনি হায়নস্থ কিহল্লম্মী।

ন্নারী অসি লক্লেমবর্গ সরকারনস্থ তারে। অহুনা সরকার অনিনা মখোয়গী রাজদূতকী থাক্তা ন্নারী শাবা হৌখ্রে। মহুনা মরম ওইহুনা ইউরোপ পুন্নমক্তা থুদোংথীবা লাকপা য়াবগী মওং অমা ওইয়ক্লে। ইটালী সরকারনস্থ মাগী ফিরেপ অহু হোংবা লৈখিদ্রে। সরকার অসিনা হেনরীবু মী অমনি নত্রগা এজেন্ট অমনি হায়না লৌদ্রে অহুনা মহাকী তুংগী পুন্সি অহুগা হৌখিবদা থোকখিবা থৌদোকী মরমদা করিগুম্বা বাখল অমত্তা খনবীখিদ্রে। সরকারগী ফিরেপ্তি হেনরীগী মনম অয়মায়দা লৈরিবা অয়েকপা কলাকৃতি অহু বরগামো ম্যুনিসিপালিটিগী সম্পত্তিনি মসি দেশ অসিদগী মপান লাম্না পুথোকপা য়াম্নোই। অহুনা হেনরী কদোইতেদস্থ ইটালীদগী মপাল থোকপা য়াগোই।

মতম খরগী মতুংদা লৈবাক অনি উংথন্নেবহু ঈংথদ্রে। হেনরীস্থ উপাই লৈত্রহুনা ভুমিন্না লৈরে। অহবু লাইবক-থীবদি থা খরগী মতুংদা অমুক-হন্না কলাকৃতি অহুনা খনেনবগী মরম

অমা ওইখংলক্লে। জর্মনীদগী অফাওবা লাইব্রেরীপা অমা ইটালীদা কোয়রক্লে। মহাক্না বরগাযো ম্যুনিসিপালিটিদা লায়-জরগা হেনরীগী মঙ্গলদা লৈরিবা পিনসিনীগী অয়েকপা লাইঙ্থ খংলে। কুপ্পা য়েংলবা মতুংদা মহাক্না মেং পিখি— বল কৃতি অসি পিনসিনীনা য়েকপা নত্তে। মহাক্না শিরমদাঙ্ক মতমত্থদা লৈমিন্নরঙ্গা মহাক্কী ছাত্র অমনা য়েকপা ওইরমগনি।

ব্রাকম অসিদা হেনরীনা সাক্ষী পীবত্থ অর্থ লৈহনখিত্রে। মরমদি লাই য়েকলিউ মতমত্থদদি হেনরীদি হিদাক পীজরগা পওগক্কন্দুনা লৈহল্লিবনি। ইটালীনী চেকোং অমগী ইডিট.না জর্মনী কলাকারত্থগী ব্রাত্থ য়াম্না কন্না য়াামদে। মহাক্না জর্মনী লাইয়েকপত্থ মীনম্বা, ইকাইবা খংদবা অমদি লমচং নাইদবা মীওইনি হায়না ফোংদোবখ্রে। ব্রাকম অসি শন্দোকখিত্থনা জর্মনী সাকারম্থ খংলে। সরকার অনিস্তরা ভাংনবা হৌত্রে। খা-খর শাউনরম্বদগী ইউরোপ পুন্নমক্না শান্তি কায়বা য়াবগী ব্রাথোক ওল্লক্লে।

স্পেনগী লোকসভাদা মনৈ য়েংনবদগী শাউনরক্কুনা থোংউপ লংশিন্নরে। কোপেনহেগেন ইউনিভার্সিটিনা জর্মনী কলাকারত্থবু মহৈ নিংথিনা হৈবা অমদি কলাদা কুপনা খঙ-হৈবগীদমক সনাগী মেডল পীত্রে। (মতুংদা অশেংবা পুখোক্ক-বগীদমক নিশন অমা থাখি, কলাকৃতি অঙ্গী নরীদা মখোয়গী মোং কনিমো হায়বা ফোংদোক্কবগীদমক শৈনিশকী পাখং অমিমক. সুইসাইদ তৌত্থনা মথরাই থাত্রে।

পুম্নমক্ অসিগী ফলনা হেনগীগী পুন্সিদা পোথাফম লৈত্রবা অমদি তঙ্গ-তাদবা হায়রদ্রু ওইরে। খংনবা লৈবা য়াম্লোক ময়াম অসিগী মাক্লা লৈজনিংঙ্গিদুনা মহাক ইটালিগী রিভোলুসনগী পাটিদা য় ওরে। দেশকী য়েক্লবা মীয়াক অমা ওইথংলরে। মসিংক হন্না মহাকপু দেশতগী তংস্তোক্লবগী হুকুম থোকখ্রে। খোংভম খুদিংমক মহাক্কী মনম্মগী লাইয়েক অহুনা মরম ওইহ্লুনা ভমগৈদগী হেক-হেক পুশিল্লকখি। মোংমা জেনোভাদা রিভোলুসনগী মেম্বরশীংগী সভা অমা ফমখি। মতুদা মটে য়েংনবদগী শাওনরক্লুনা অতোপ্পা মরুপ অমনা হেনগীগী নঙন্দা তেজাব য়াওবা লিক্লি অমনা থাদিল্লম্মী। তেজাব অহ চাইথরক্লুনা য়েকইবা লাইয়েক অঙ্ক মচু ইমা মাংহল্লে। হেনগীনা ফুরিং অঙাংবা অমা লিংলগ্নদগী মচু পুম্নাংমক্তি মাংহৌদবনি। মীয়াম্না নিপাত্র ফারে। য় মস্ত চৈ-থাংডে। লৈবাক্কী মমল য়াম্লবা কল্লাকৃতি মাংহনবগীদমক মহাকপু চহি তরেৎ জেলদা থম্নবগী দন্দ পীরে। হোসপি-তালদগী থোরক্লবা মতুংদা সরকারনা হেনগীবু কাম্রব্রা দরকার ওইস্রবা অমস্তুং লৈবাক্কী মাঙনবা তৌবা ফোংরেন্নর অমনি হায়না লাউথোক্লে। অঙ্গনা গোক্লনা ইটালিদগী তংস্তোকখ্রে।

মরুপ! নহাক্না কনিংগুম্বা ফ্রান্সতা চংপগী গুদো-চাবা কংলবদি মকম্মতুগী অচিকপা লৈরকশিংদা, মরুওইনা ললিত-কলা মন্ত্রালয়গী মনাক অহুবাইদা নীংবা কায়রবা, চোকথরবা নিপা অমথক কোয়চং চংতুনা লৈবা থেংনবীগনি। নুংথিলগী

মতমদা চংলব। অতুগা মাগী ব্রারী শাবা ফংলবদি মহাক লম্প্রেমগী লেন্দা ব্রারী শারক্লজি। হৌজিকসু মনক্লন্দা অতকপা ফংনা ফজরবা কলাকৃতি অমা পক্লি চায়না মহাক্লা থাঙ্জরি। হৌজিকসু অশা তৌরি মহুদি কনাগুম্বনা ফিকোমেন্দ তৌবিরবদি ফ্রান্সকী সরকারনা মহাকী কলাকৃতি অদুবু অথোইবনি মন্দুনা লৈবিথিগনি। ফিভম অসিদসু মহাক ব্রাখল অসি মন্দুনা চংতুনা লৈ। হায়রিবা অর্থাৎবা ব্রাখল অসি নত্তনা মাগী ব্রেন্দা থেইদোকপা অকায়বা নৈতল্লা চায়বসি ঐগী হাংজলগি।



## ওস্কার ৱাল্ড ঃ ১৮৫৫-১৯০০ ইং

### আয়রলেন্দ গী অথোইবা ৱারী ইবা

(ওস্কার ৱাইল্ড ডব্লিন্দা পোকখি। অদুগা পেরিসতা লোঙ্খাখি। মহাক্কী মমাদি আইরিসকী ৱারী ইবদা মমিং চংলি। ৱাইল্ডনা ৱারী নোভেল, দ্রামা অমসুং নিবন্ধ কয়া-মক ইখি। মহাক সমাজগী পুকচেল পীকপা লমচং অসিবু নিংদা তৌই। মাগী ৰচনানা সমাজগী ফত্তবা চংনবাগী মায়োক্তা পীনা শোকহল্লি। মমৈথংদা ডিকেন্সসন গী কেশ অমদা মহাক চহি অনি অৱাক্ম ফংখি.।

ৱারী অসি ৱাইল্ডগী ৱ রী খুংঙগী নোমুনা অমনি।

# মপোৎ লুবা হিংচাবা

ওস্কার ৱাইল্ড

নুংতিগী স্কুলদগী হল্লকপদা অঙাংশিংনা হিংচাবদুগী হৈকোন্দা চংঙগা শান্নে। হৈকোল অদু য়াম্না পুক্নিং হুনা ফজৈ অমসুং চউই। নাপী হৌবা লম্পাক্কী অকোয়বদা থৱা নমিচাক পরেং খোকপদোনা ফজ ফজরবা লৈ কয়া শাংলি। মদুগী মথংদা লয়া চুথেৎ পাম্বী পরেং থয়ম্ব দৌই। য়েনিংথা লোইরকপদা লৈমচুগী মুঙমচা মানবা হৈ মচানা পাম্বীশিংদু থুরক হাংদনা

য়াম্না নুংশিমনগ্রহুনা মহাক্না শক্লি য়সি লিংখৌগী ঈশৈ শকপা কাংবু অমা মন্নগা লোয়নন্না ঈশৈ শকুর্গা চংজিনানলে। অদুবু মহাক্না মুনা য়েংবদা উচেক মচা অমনা মাগী হৈকোন্দুদগী থোংবা ওইরমে। মতম কুইনা নুংশিবা খোঞ্জেল তাখিবরা হিংচাবহুনা উচেকী মথোনছদং তাবদা সংসারগী অথোইবা সংগীতকী স্বর ওইরবোই খনগে। খুদক অদুমক্তদগী উনগী নোং চুরমহু লেপগে। অঙাংনম নুংশিংসু য়েমগে। কায়রবা মিহুৎথোংদগী মনম নুংশিবা ফাওজিল্লক্লে। হিংচাবমক্না হয়াও-মনগ্রহুনা লাউরকই—"বসন্ত লাকএ"। মহাক্না কমুংদগী ফুক হৌগৎলগা থোংনাওরোমদা য়েংঙকই।

অঙকপা দৃশ্য অমা উরম্মী. চেকপল অহোবা অমদা অঙাং ময়াম ফাওজিল্লক্লগা হৈকোন্দা চংঙকঅম্মী। মথোম উথক্তা কাথংলে অতুগা উমা অপুঙবা মরুমদা লোংপা হোংবরি। পাম্বীগী উশা খুদিংদা গুলাপকুম্বা যায়থোং অমমম নোক্তুবা লৈবা উয়ে। পাম্বীশিং অদুসু অঙাংশিংগা অমুক হন্না উন্নবা কংজবহুদা নুংঙাইমনগ্রহুনা উঁই অমুনবনা পরেং পরেং ফাহহুনা হাইমা হুয়া মথোমমু ওক্লি।. অশংবা উশাগী কিয়ালুনা হাই-ছন্নী। উচেকশিংসু উশা খুদিং পাই পাইদুনা ঈশৈ শক্লি। লৈশিংসু অশংবা নাপী মমতা লিথংলগা মথোমগী মরুপ মপাং অমুক হন্না উনবা কংবগীদমক হয়াওনা লোক্লি। ওঃ হোঃ করম্বা নিংথিজবা দৃশ্যনো! অদুবু হৈকোন্দুগী খাইদগী নাম্বা কাজিন

অমদি হৌজিকসু উন তাদি। মকমতুনা পীকপ্রবা খুপামচা অমা লেপ্পী। মহাক্তি পীকমনগ্রস্থুনা মথুংনা উপা অমা কাওনা লাম্বা কংব্রে। মহাক্না মথুং লামখং লামখংলদুনা পাম্বী অহুগী অকোয়বদা চংলি। লাইবক থীবদি উপাল অহুগী মথক্তা হৌজিকসু লৈচিন থারি, উন তারি, অকোয়বদা অঙাং খুংশিংনা ওংহুনা শিংলি। পাম্বীতুনা মপাহু মোক্ক মোকহুনা অঙাংসু লাউ, লাউ কৌখংলি। অহুবু অঙাংদুনা শিকমনখিবনা লাম্বা ইকং মকংদ্রে।

হিংচাবদুনা অঙাংদুগী মতৌ মুমা য়েংঙি মাগী থম্মোইদা খোজাননা ইহুন অমা কাওখি। খুংশিবগী অকনবা ঊখিদনা তমথীরবা থম্মোয়গী পোমাম্বদ্ থমখায়ব্রে। মপা মতোমন্তবু তাখীন চৈজরকই "ঐ অসি ওঙ্কোক্লা পুকচেল পীকপ্রেদা। ঐগী হৈকোন্দা.য়েনীংথা লাক্তবগী মরম ঐ হৌজিক খঙে। অঙাং মচা অসি উথক্তা থাক্কংপিয়গে অহুপা চেকপল অকোয়বসি লোথোকপ্রগে" এ[illegible]কোল অসি মতম চুক্কপী ওইহ্না অঙাং-শিংগী ওইহৌয়সনু"। হিংচাবদ্না হৌখিবা পুন্সিগী[illegible] থীং-[illegible]দবা কোংদোকখি। মহাক মথাদা কুমথবক্রে। থোঙ হাং-দোক্লগা হৈকোক্লোম্বদা ল্যাক্রে। হিংচাবহু উবদা অঙাংমথৈ চেক্লখ্রে। অঙাংশিং চেখোকখিবগা হৈকোনহু উন্না চুম্লাংলক্লে। অহুবু খাইদগী পীকপা অঙাংদ্ মদি উক্তক কাগবগী "হিংবেহুবা অহুম্বক লৈব্রি। অঙাংদ্ খামনা কপ্লে। মামিংতা [illegible] কুপখিবনা হিংচাবহু লাকপা মানা উমদে। হিংচাবদুনা

খংবা হৌজিক মহুদা অঙৌবা হৈনা খরা শাংলগা উরে। উঙা পুম্নমক মনা মচু ওইনা উই অহুগা নুপা মচুগী মহক্না ক্লেকথ-বমথৈ পাক্লে। ইপাগ অহুগী মথাদা মহাক্না থরাইদগী নুং-শিজরবা অঙাং মচাহু লেপ্পুনা লৈবা উরে। মহাক নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিপ্রে। হাওং হাওং মথক্তগী সিগিদা কুমথরক্লে অহুগা,মাপী মথক্তা অঙাং মচাহুগী মনাক তম্না লাক্লে। অঙাং অহুনা ওইরম্লীবা মওং অহু উবদা হিংচাবহু য়াম্না শাউরে। অঙাংহুগী মথোং অমসুং মপুং অমিমক্তা থীনা শোকপগী দাককম অনি অনি লৈরম্মী। মহাক্না চৈরহুনা হংঙকই— "নহাকপু সুম হায়রম্লী থীনা শোকহল্লিবসিবু মচোংপাক নাইদবা কনানো"? অমুক্তা হংডি — "করম্বা মীশক্নো হায়রবু ঐগী থাংশাং অসিনা মঙক অহু কককথংকেনে"?

অঙাংহুনা হায় "ওঃ মসিদি চাম্রবা অমসুং নুংশিবগী খুং-শোক্লিদা"।

হিংচাবহুনা য়াম্না ওক্লা হংডি —"নহাকসিবু কনানোনে?" মসি হংবা মতমহুদা হিংচাবগী মাঘথোংদা য়াম্না ওক্লমই অমসুং অকিবগী মতো উরম্মী। মহাক্না অঙাংহুগী মমাংদা খুকউ খুদক হুন্দুনা মকোক নোক্লম্রে।

অঙাংহুনা মোমোন নোক্না শোক্না হিংচাবহু য়েংঙনা হায়রুরকই—"ঙসিগী খুমিং অসিমদি মং ঐহু হৈকোন অসিনা শাগদ্রে। মঙোন্দি ঐনা নহাকপু ঐগী হৈকোন্দা পুরক্লো। ঐগী হৈকোন্দী খাইদগী ফেনা মতৌ মহুপু স্বর্গ হায়না থংলে"।

মথংগী মুখিংকী মুংখিন্দা অচাং মরাম হৈকোন তম্না শাগৎনবা চেন্নরকখি। মখোয়গী নুংশিজবা হিংচাবদু উগী মথাদা শিন্নবা লৈবা উরে। মহাকী অশিবা হকচাংদুগী মথক্তা অত্তৌবা লৈগী ফিদক্লা কুপশিল্লি।

## কেথরিন মেন্সফিল্ড ১৮৮৮—১৯২৩
### ( নিউজিলেন্দগী অথোইবা য়ারী ইবীনি )

( নিউজিলেন্দগী অথোইবী য়ারী ইবিনি। শোক ১৮৮৮ দা পোকখি। ১৯০৮ দা লন্দন্দা লাকই। জোন মিল্টন মোরীগা খংনখি। ১৯১৩দদা মখোয় অমি লুহোংখি। মহাক্না ডায়রী ইবগী হৈনবীগা লোয়ন লোয়নবা য়ারী ইবা হৌখি। মহাকী য়ারীশিংদা মনুং হেক্তিবা উশিনবা অমদি থৌজাল হৈবগী [illegible] মাওই। মহাকী য়ারীগী যুক্তমসি অয়াম্বনা কিতমগী মথা [illegible] থৌদোকী মথা পোনবা ওইদে।

পীরিবা য়ারীসিংদা মুখীগী মতোবিত্তা [illegible] কময়বা শকতম উবা ফংই।

# চা কপ অমতং

--কেথরিন মেন্সফিল্ড

রোজ মেরী য়াম্না ফজবী অমদি ওইদে অহুবু মতম লৈবা খিবিক্তা মশা খিংনা হয়াও-তম্নাম্না লৈবী মুপীনি। নহ.নি, য়াম্না শিংন্ডি অমম্লুং হৌন লোনচং থংবীসু ওই। মহাক্কী মপুরোই-বনস্থ মাবু শেংনা পামজরম্মী। মথোয় নুংঙাইনা পাল্লি। ইনাকস্থ. খুল্লি। রোজ মেরী শরং খ্বতুগী মুমিদাংরাই অমদা চুকান্দা লাকঅম্মি। চুকান অহু মহাক্কা তোয়না পোং লয়বা মফমল্লি। চুকান্দার অহুনস্থ মেরীবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। মে‑ী হেক লাকপদা হয়াও হয়াওনা মথুং লোমহুনা নমস্তে তৌই। ওসিস্থ চুকান্দারহুনা রেশমগী রুমাল অমদগী কৌতা মচা অমা লৌথোরকঅগা হায়রকই--"বীবীজী, ঐদি অসিগুম্বা মমল নাইদবা পোং অসি য়াম্না পামজে। পৃথিবীদা অসিগুম্বা পোং-শিংসিগী মমল থংবা মী.য়ামদে।"

কৌতা.মচাহু লুপানা শাবল্লি মাগী মথুমহুদা পিকপ্রবা পাম্বী অমা হৌহল্লি। মহুগী মথক্তা নুপামচা অমগা নুপীমচা অমগা মথুং শম্নহুনা লৈ। মহুগী অকোয়বদা ফিতা অমা ফ.য়। মহুগী মথক্তা অপাম্বা লৈচিন থাবগুম উহল্লি। কৌতা মচাহুনা মেরীগী মপুক্লিং শুমহংলে। মহুমক্তি ফংবা ব্রাবা নিংথিজবা পোংশক অমদি ওইরম্মী। মহাক্কা মথুংকী মোজা লৌথোক্লগা কেপ

মচাহু অমুক হাংজি অমুক খুমজিল্লি অহুম তৌবহ্দা মাগী নৌ-রিবা খুৎশাশিংহু শংবাগ্নবা বেশমচুগা কয়াদা কজগ্রবা। দুকান-দারহুনম্ব মহু খল্লম্বা য়াই। মেরীনা কেপ মচাহুগী মমল হংজি।

ভাইহাক তুমিন লৈরু'গা দুকান্দারহুনা খুম্মি —

"গিনী কুন্নিপান্দনি"।

"গিনী কুন্নিপান" হায়বা? রোজ মেরী ভাইহাক তুম্মিন্না লৈখি। মহাক্না কেপ অহু মখাদা থম্মগা খুংকী মোজাহু অমুক উপশিল্লে। ঐখোয় ইনাক খুনবা অমবুদি ওই অহুবু গিন্নী কুন্নিপাল ··· ··। রাখল তৌই। দুকান্দারহুনা কেপ অহু মেরীগী-দমক অতম্লনা থম্ননি অহুনা মহু মেরীদা শোয়দনা পীগে খল্লি।

দুকান্দগী হন্দোক্রগ্রগা মেরীনা নুমিদাংরাইগী ফজবা দৃশ্যহু য়েংঙম্মি। নোং চুরম্মী। নোংগা লোয়নন্না অমম্বহু মরিক মরিক চুথরমাল্লে। /নু শিংস্থ শাথিনা ইংশিল্লম্মী। থাউমৈগী মৈঙালম্থ অরাবা রাখল খনবদোনা মমথরম্মী। মেরীনা মঙক-শমদা পুল্লিবা খোয়োমহু চেংশিন্না কাজিল্লে। মপুক্তা খল্লি — ওস্তোকপনি। কেপ মচা অসি লোইবদি কয়াদা মুংঙাইগবা?"

কারহু প লাপ লাপ্তনা থামম্মী। অহুবু মহাক মক্ময়হুদা অহুম্মক লেপলী। মীওইবগী পুক্সিদা মুংঙাইবা ভাগ্নাবু থাদোক্নগা মপানগী অরাবা খুদোংথীবা ফিভম কয়াগা মায়োক্নবা নত্তা অমম্ব লাক্তবা নত্তে। রোজ মেরী ময়ুমদা হল্লগা চা, অশাবা কপ অমতং থক্কনা অঈ'বা কোকহবনা ফরগদমাল্লে খল্লি। 'মহাক্না

অঙগা খল্লিঙেমক্তদা মথা পাৱী মপম মুৱী লৈশাবী অমা চং-
শিল্লকপা উবে। কদোমদগী লাকপনো হায়বসু থংহৌদে
মহাক্না মেরীগী ননাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রমমী—

"বীবীজী, ঐ করিগুম্বা অমতা হায়জরা য়াগম্রা"?

মেরীনা মুম্না য়েংঙগা হায়— "করিগুম্বা থরদং হায়নিংঙি
হায়ত্রা"?

লৈশাবাহুনা শেংথলবা খিশিংছু শেগায়বা অমনবা ভাক্তনি।
মখিং কোইরপ-লাউরপ তৌই ভমৌ ভমৌরিবী লৈশাবীনি।
চহি মতাংছু রোজ মেরীগী থংমুন নাউমুন ওইবগুমসু তৌই।
ঈংবনা থক থক নিকই। থৌজিক্তা ঈশিংদগী কাথংলকপদোনা
চোংথলি-মালি তৌই। মহাক্না লকক লকক্না হায়রকই—"বীবীজী
নহাক ঐঙোন্দা চা কপ অমত্তগী মথল পিবা য়াগম্রা"?

"চা কপ অমতং!" মাগী বাহৈছু ওস্তোক্না চমথ্রে। চাক-
নিবীগী থোংস্তোক নত্তে। মেরীনা হংঙি— "নংবু করিমতা
লৈজরবা"?

মহাক্না লৈজদবগী পাউথুম পীরমমী।

কয়াদা অঙকপা রানো? মেরীনা মমলি মমলিবা মতমছুদা
মঙোন্দা মুম্না য়েংঙি। মহাক্না খল্লি— "ডাক্তরস্কীগী নোঙলদা
য়াওরিবা অমমসুং ত্রাম্যাদা উংলিবা বাম্বিশিংছুগী মতৌ ওইনা
ঐনা অসিবু য়ুমদা পুরগা মাগী পুক্নি লেনবা য়াননবা করিনো
সীৱাং অমতং তৌবিবনা ফগদ্রা?— ফরে! মাবু ঐ য়ুমদা পুরগে

মহাক্না খোংকাপ অমা কাল্লহুনা হায়রে- "চৎসি ঐগা লোয়নমা। ঐ নহাকপু য়ুমদা পুরগা চা পীখক্কে।"

লৈশাবীহুনা নুংশা থীনা হায়রকই—"নহাক্না ঐবু কয়েম্নবদি নত্তেকো" ?

মেরীনা হায়— "নত্তে নত্তে ঐ নংবু করেম্নবা নত্তে। লাকও ঐগা লোয়নবা চৎসি"।

নুপীমচাহু মখুৎনা মমায়হু খ্ মজিল্লম্মী। অহুদগী হাংদোক্লগা য়াম্না কিনা হায়রকই— "নহাক্না ঐবু পুলিসতা পিথোকওইদ্রা' ?

রোজনা নোক্লগা হায় — "নত্তে নত্তে! ঐ অহুক য়ম্না তমথিগদোবা নত্তে"। ঐদি নহাকপু পোৎথাহনবা পাম্বনি। অহৃগা নহাক্কী য়ারিস্সু তানিংঙি"।

মিকুপ অমনিগী মনুংদা মখোয় অনি কারদা ফমলে ক র. অহু অমম্না হাইদোক্লুনা মাংদা য়া না চেনখ্রে। রোজ মেরী মায়পাক্লরা, থবক ঙম্না মী অমগী নুংঙাইজবা মত্তোগা লোয়ননা ফম্মী। মাগী থম্মোয়দা থোজ'ল অমদি মিন্নুংশিগী ঈচেল চেম্লরি। মীওইবগী পুন্সিদা নুমিৎ খ্ দিংগী অঙকপা অমদি অরাবা খোদোক কয়া থোকই। করি করিগুম্বদা, ঈশ্বরনা মীগী মশক লোৎহুনা হায়বদি মীগী থম্মোয়দা চংহুনা অরা-অনাগী মত্তেং পাংই। অচৌ অশাংশীংগী থম্মোয়দস্সু মীঙ্গল হুন্দবা নত্তে। মেরিনা য়াফম অসি নুপীমচাহুদদি হায়দোকখিদে। মহাক্না নুপীমচাহুগী মায়থোংদা য়েংলগা হায়রকই—। "নং করিমতা কিগনু! ঙকনিংঙাইস্সু করিস্সু লৈতে। ঐনা নঙোন্দগী লাইবক

ফৱা হেল্লি হায়ৱগী করিস্নু থেইদোকপা নৈতে। ঐথোয়নি ইচিন ইনাও ওইহৈদে হায়ৱা লৈরনে ?······· ?

মতমতুথক্তদা গারিতু থাম্মে। রোজমেরী রা ঙাংবস্নু মপুংফাহৌদি মশ্বিলা খিংহুনা খোঙ হাংহল্লে। মেরিনা য়াম্না চেকশিনবা লৈশাবীতু মপাম্নোম পায়হনা ইমুদা পুশিনবিখ্রে। কা অহুদা চংঙকপদা অশাবা ফাওই পুমডাল ঙাল্লি অমস্তুং মনমনুংশিরা ফজবা মমামতু নুপীমচাহুদদি ইনৌ নৌবা পোৎ ঙাক্তা ওইরে। রোজ-মেরিনা য়াম্না মুম্না নুপামচাহগী মমাম্নথোংহুদা মাগী রাখলতু খংনবা হোংনরি। মেরিনা হায় মথক্তা "কানি ঐগী কাদা"। মহাক্না মীনাইশিংগী মমাদা নুপীমচাহবু কুইনা থমনিংদে। মহাক্না মথক হেক য়োবগা মীনাই নূপীদা কি অনৌবা পুথোক্নূনা নুপীমচাহু মফি হোংদোকহনখ্রে। অহদগী মেরিনা মাগী তুমফম কাদা চংখি। থোঙদা পর্দা য়াল্লি। কামনুংদা মৈফু চাকই। ফজবা পোংচৈ কয়াগা লৈতেংঙি! নুপীমচাহু থোংজিন্দা লেপ্লে মাগী মমিং অহুনা রা থরা হায়নিংবা উংলি। অহুবু মেরিনা করিস্নু থৌশাদনা চৌকিহ চিংশিনবিরগা লাউ সিদা ফম্মূ নং য়াম্না ইংখ্রে। হায়রম্মী! নুপীমচাহুনা তুংদা হম্মোক্লহুনা হায় "বীবীজি ঐ মহুদা ফম্বগী ইথোনা লৈজদে।"

রোজমা মথুং প্লায়হুমা চিংশিল্লগা "নং য়াম্না হঙ্গোইনা উরে। সে! কৈস্নু থল্লূনু। শোর চনীং তানা হোল্লু। নূংঙইনা চা থক্তদবনী করিমতা কিক্লনু"। মসি হায়রহুনা মহাকপু ফমহল্লে।

মুপীমচাহ্ তুমিন্না কম্মে। মেরীনা কমহনবা মওং অহুদগী করিমতা কিভম কায়দনা অদম কম্মী।

"তুপীহ্ লৌথোকওদনা। নশম কজরদ ইচোং চোংলে। তুপীদনা নকোক অদ শাগংত্রা ?

"য়াম্না কনি বীবীজী" হায়রগা মহাক্না শেগাইরবা তুপীদ লৌথোকই।

"হৌগংলু ঐ নংগী কোট অহু লৌথোকপিগে" মেরীনা অমুক হায়রম্মী।

নুপীমচাহ্ হৌগংলি। মথুং নামদি চৌকিদগী ইথাথাদোক্লে। মেরীনা নমহুনা কোট অহু লৌথোকপী। অহুদগী মেরীনা মৈকু মপাগী মথক্তা লৈবা কমদগী চুক্লপ লৌথোক্লে তৌই। নুপীমচাহুনা হায়রকই—"বীবীজী! ঐরু রায়ৌবিগনু" খুদক অসিদা করিগুম্বা পোং খজিক্লং চাদ্রবদি ঐ রাম্বা তারে। লাম্বনা শিদোরে।"

রোজ মেরীহ্ খংপেক খংবদোনা—"ইহে! ঐসি কয়াদা থৌশাখিদ্রবনো ? ইকাউ হেক কাওরিবনিনে"। হায়রগা মানা মন্দিলা খিংহুনা লাউরম্মী—"চা হৌঙ্কিমক…তল থরগা …চেল্লকউ"। মীনাইনুপীহু চংত্রে। নুপীমচাহুনা হায়—"ঐ তল চারোই, চা ঙাক্তা থকচগে"। মহু হায়রগা মহাক কপথোকখ্রে।

য়াম্না থম্মোয় শোকপা দৃশ্যনি। রোজ মেরীনা শুকউ নাম লৈমায়দা কুম্ম্বরহুনা থেমজিল্লি—"কশকনু ইবেম্মা"!

হায়রগা মাগী কুমালহু পীরম্মী অহুদগী মপান্নোমহুনা নুপী-মচাহুগী লেংবান্দা কোনবীরম্মী।

নুপীমচাহু ইকায় ইকি থ'দোক্তুনা নীক্রা নীক্রা কপ্পা হৌরে। "ঐ অসিগুম্বা অরাবসি খাঙবা ঙম্দ্রে। খাঙবা ঙমগনি হায়বস্থ থাজদ্রে। ঐ ইতোমতা শিজরুরগে"।

রোজ মেরীনা মাবু থেমজিনবিরহুনা হায়রকই— 'হৌজিক্তি নংগী অরাবা মতমহু হৌগ্রবনি ঐনা নংবু রাদনবা শানবিগনি। চা থকসি অহুগা নংগী রারীহু লীয়ু। ঐনা নংগীদমক্তা তৌবা য়াবা থৌরাং খরদি শোয়দনা তৌবিনি। কপ্পনু কপ্পগা শোক্তবনি। অহুনা লাইগী নোংদম্নি খন্দুনা তুমিন লৈরো"

মহাক কপ্পদি ভে কগ্রে। রে জনা হৌগংকে হেক তৌবগা মীনাইনুপীহু চা পুহুনা লাকএ। রোজনা য়াম্না তপ্পা নুপীমচাহুদা চানবা মাখোন, তে ষ্ট অমদি কেক মথং মথং পীশিল্লি। চাস্থ ম না হেক থকইবমখৈ হৈবীরম্মী রোজদি করিমতা চাদে। নুপীমচাহু ইকাইখিম্নি খন্দুনা মচি অমদা চুরুপ থক্তুনা লৈরম্মী।

চারি থকইবা পোংশিভু খুদক্তা হুকচাংদা কান্নবা ফং-হলম্মী। চাবা থকপা লোইরে চাগী কপ খালীকা লোইনা পুশিনগ্রবা মতুংহুদা অনৌবী শারহুনা নুপীমচাহু মচিনবান্দি গুলাব মচু মাল্লহুনা লেম্না রাখল থল্লহুনা ফম্মে। রোজ মেরী চুরুপ চমখংলে মাগা রারী শাবা য়ারে।

খুদক অহুদা থোঙ হাংদোক্লগা কৌরকই "রোজ মেরী! ঐ চংঙকপা য়াগদ্রা" রোজগী মপুরোইবা ফিলিপনি,

"য়া-নিএ, লেংশিনবিরকউ"

. মমুংদা চংঙকপদা নুপীমচাহুবু হেক উবমক্তদা চপ লেপ্লগা হায়রকই—"ঐনা নখোয়গী য়ারীদা অকায়বা পীরমাল্লে।"

"বেরা নৈতেদা। মহাক ঐগী মরুপ মিস ..... "

"স্মিথ!" নুপীমচাহুনা পন্দনা মমিংহ্ হায়দোক্না মেয়ীগী য়াহৈ পরেংহ্ মপুং ফাহনখি।

মেরীনা হায়—"ঐ নঙোন্দা শম্না য়ারী অমা শাজন্নিংঙি।"

"হেক্তা য়াইয়ে" ফিলিপনা হায়। মহাক্না মৈফুরোমদা তুং ওক্তোক্লগা লেপলহুনা "কয়াদা ঈংগ্রবনোনে" হায়হুনা য়েং-থোকখিবদা নুপীমচাহুগী কোট অমদি তুপীহ্ উখি। মহাক্না মেরীদা অমুক য়েংঙি।

মেরীনা হায়—ঙসিগী নুমিদাংয়াইরমসিদি ওস্তোক্না ঈংগ্রেদা! ঈংদগ্রা"?

ফিলিপ মোমোন খোকখি অহুগা হায়রকই— "মিকুপ অমনিদং লাইব্রেরীরোমদা চংলুসি হায়ববু....? মিস স্মিথ ঙাই-হাক্তং নৈবিরম্বগীদমক য়ারৌবিনু"।

নুপীমচাহুনা মমিং ফল্লপনা ফিলিপ্তা য়েংঙি। অহুবু মাগী মহুত্তা মেরীনা খুম্মী—"এ, বেরা নৈতে, মহাক য়ারৌ-রোই"

মখোয়নি থোকথ্রে অহাংবদা খোক্লগা ফিলিপনা হংঙি—

"ঐবু ভাব ইতা তাদ্রি। নুপিনচাসিবু কনানো? করম হায়না তৌরিবনো? মরোলহু খর খঙবা য়ারোইদ্রা"?

মেরীনা নোক্লগা হায়—“মসি ঐগা কাজ'ন ৱোডতা থেংনবনি। য়েংউ কম্নাদা ফজগ্রবা নুপীমচানো মহাক্না ঐঙোন্দা চা কপ অমগী শেল মিরম্মী। অদুদা ঐনা মাবু হেক্তা পুদুনা লাকঅবনি।

ফিলিপনা ঙক্লা হংগি—“অদুবু নহাক্লা মঙোন্দগী পাম-লিবসি কন্নিনো”?

“ঐ মহাক্না মরি লৈনবা অদুগা মাবু য়োকপা পাম্মি। মসিগী মতাংদুদি ঐখোয়নি কোম্না খন্নসি। অদুগা হৌজিক্তি মাগী মমাংদা নুংঙাইতবদি উংশিগনু মহাক নুংঙাইখিরোই”

ফিলিপনা চিংনবা উংলদুনা হায়- “ইবেম্মা! ঐদি য়াম্না ঙক্লা থোকইবো! নহাক্লা হায়রিসিবো ওইথোকপা য়াগদ্রনে”?

“ঐস্মু ঙসাইনা খল্লি নহাক্লা মসি হায়রক্দবসি অদুবু য়াগনি খল্লি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি ঐখোয়না ইতিহাসতা নত্রগা ৱারী লাইরিক পাবদা ইভতভ্রনা থেংনরিবদুনি ঐ পুক্নিং-দদি মাবু য়োকপিরগে হায়বসি লেপলবনি” মেরীনা হায়।

ফিলিপনা তপনা হায়—“অদুবু” চুক্লপকী তাংগোইদু অমুক কম্মোকই অদুগা মখা তারকই—“ৱা অমা লৈনে। নুপীমচাসি মশক মতৌ চংখোল্লি ... য়'ম্না ফজেনে মসে ”।

মেরীনা হায়—“য়াম্না ফজৈয়ে! মদুদি নহাক্কী ৱাখলনি। ঐদি মদোমদা ইখল খল্লুদে”।

ফিলিপনা চুক্লপকী মৈথু কামথোক্লদুনা হায়— “মহাক্কী

শকক্ষম অসি কয়াদা নুংশিগ্রবনো! চান্নবী রোজ! নহাকস্তু অমুক্তা মুন্না য়েংউ। ঐদি কা মনুংদা হেক চংশিল্লকপদা মহাক উবদা ইঙক ঙকখ্রে। ফয়ে মিস স্মিথপু নুমিদাং চাক ঐখোয়দা চাগদৌরিবা নত্রা? ঐবু ঙাইহাক্তুং খবর পাবা নংগন্দ্রা"?

রোজ মেরী লাইব্রেরীদগী থোকখ্রগা ফমুংকারোমদা চংখ্রে। লাইরিক পানবগী কাদা চংখ্রে। চৌকীদা ফম্লগা রাখন তৌরে "ফজৈ" "কয়াদা নুংশিগ্রবনো"! হায়বা ফিলিপকী রাইহেনু নিং-শিংবদা নিংদোন তিং তিং চোংঙি। "য়াম্না ফজৈ .... "য়াম্না নুংশি"। মহাক্না চেকবুক লৌথোক্লে। অমুক খল্লি চেকশিনদি কান্নরোই। মহাক্না পাউন্দ মঙাগী নোট লৌথোক্লে। নোট অদু পায়রগা তুম্ফম কারোমদা চংখ্রে।

পুংখায় অমগী মতুংদা মেরী লাইব্রেরী কাদা চংখ্রে। ফিলিপ হৌজিক ফাওবা খবর পারম্মী। মহাক্না ফিলিপ্তা হায় ঐ নঙোন্দা পাউ অসি খংহন্নীংদুনা লাকপনি মিস স্মিথ ঙসি ঐখোয়গীদা চাক চাবা য়াওবা ঙমদবা তারে হায়দুনা চংখ্রে"।

ফিলিপনা খবর থম্লগা হংঙি— "করিগীনো! মাগী হান্নগী প্রোগ্রাম অতৈ লৈবজাংলা?

মেরীনা ফিলিপকী মনাক্তা ফমথরদুনা হায়— "মহাক চংলগে কন্না হায়বহৌদা ঐনা শেল ওইনা পাউন্দ খর পিরগা চংহনখ্রে। মানা য়ানিংদবহৌদা নমদুনা থাম্বস্থ ফত্তত্রা খল্লী" করি হায়বগে সিবু লাল্লত্রা"?

য়োজ মেরী হৌজিক্তা মশাম মনা হাংলগা মমিংতা কাজলকা থারুন। লিক ফজবা শিজিল্লগা কেংগা থোরকপনি। মহাক্না ফিলিপকী মখজাউদা নাল্লহন। মুন্না য়েংঙগা তপনা হংঙরকই- "নহাক্না ঐবু পামদ্রবরনে"

"ঐনা পাম্নগী ঙমথৈবু লৈরিব্রনে"। হায়রগা ফিলিপনা কোনশিনবিরম্মী।

"ঐবু লুনা তৌবিয়ুনে" —হায়রগা ঙাইহাক তুমিন লৈরে অহুদগী তুম্মবদগী মিকপ থোরকপদোনা মেরীনা মখাতানা হায়রকই—"ঐনা ঙসি অঙকপা কেপ অমা উরকই। মমলদি গিনি কুন্নিপান হায় মতু লৈগেদো"?

ফিলিপনা হায়—"অরেম্বা খরচনি ইবেম্মা! অতুবু নহাক্না পাম্মবদি লৈয়ু"।

অতুবু মেরীনা হংনিংঙিবদি অতোপ্পা য়ানি। মহাক্না ফিলিপকী থবাক্তা মমায়তু উপশিল্লগা তপনা হংজখি—

"ঐসিবু ফজদ্রনে?"

## প্রেমচন্দ ১৮৮০ – ১৯৩৬

( হিন্দী সাহিত্যগী অথোইবা রচনাকার )

(প্রেমচন্দবু হিন্দী উপন্যাস সম্রাট হায়না থংনৈ। মহাক্না ইবা ওইনম্ব পৃথিবীগী খ্বাক্কা শীংথারবা লেখকনি। মহাক্কা লায়রবা, লোমী শিন্নাগী মীচংদা কোলোম পায়খি। মহাক্না নৈহংপিরবা অমস্তুং ওংপিরবাশিংগিদমক অকনবা খোল্লাওগা লোয়নননা মীচং লেপ্পী। সমাজগী থোদোক থুদিংমক শংশংনা পাউদম্বা লেখক্লি। পীরিবা মহাক্কী অসিদা মহাক্কী আদর্শবাদ অমস্তুং যথার্থবাদকী অহিংবা থুদম উবা ফংঙি।)

# থুম পা-নবা দারোগা

প্রেমচন্দ

থুমগী অনৌবা বিভাগ অমা হাংলহুনা লাইনা থাবা পোং অসিবু নীংতম্না শিজিন্নবা ফংলকপ্রবহুদা মীয়াম্না লোম্না থুপনা থুমগী কারবার তৌবা হৌরে। মথল মথা অয়াম্বা মীরুমবা অমস্তুং অরানবা পাম্বৈ কয়া শিজিন্নৈ। কনানা চলাক তৌহনা কনানা শেল-থুম পীজহনা মাগী মাগী থবক পাংথোক্লে। ওফি-সারশিংদি হৌনরে। আমীন, কানঙ্গোগুম্বা মীনা ইকায় খুম্নবা

ফম থাদোকুরগা থুমগী খিভাগতা চৌকিদার ওইনরক্নে। দারোগা ফম ফংবসিদি উকিলশিংমক্সু কল্লকুরে। ইংলিস এড়ুকেশন হৌরকপা মতমনি হ্বিস্তিয়ান ধর্ম্মবু লুনা খন্নরকপা মতাংনি ফারসী লোন মাম্না শিজিন্নরম্মী। ফারসী সাহিত্যগী অপাম মুংসিগী নৈরেং খর চিনফা পুবা ওম্বা ফারসী হৈবা মীশিংনা অচৌব। ফম হেক্তা ফংডি।

মুন্সি বংসিধরস্তু জুলেখাগী কায়ন-ৱারী পাবা লোইরহ্নুনা মজনু অমসুং ফরহাদকী অপাম-মুংশিগী ৱারীনা নোল-নীলগী লান অমদি অমেরিকা পুথোকখিবগী ৱারীদগী হেন্না লুন্না খঙুরহ্নুনা থবক অমতং ফংনবা হোংনরম্মী মঙাক্কী মপাবুংহু মাম্না মীরোল খংবা মীনি মহাক্না তাকই—"ইবুংঙো! ইমুংগী ফক্রিবা ফীভমসি মহাক্না খংঙেদো। মীগী লমন্না পোৎলুম ফারে। নুপীমচাশিংসিনা মরোল অমা নাপী শীংনাগুম অপনবা নৈতনা চাউশিল্লক্নে। ঐদি তোব্বানগী উপালগুম্বনি কদোইঙৈ তুখিনি খ দবা। হৌজিক্তি নংনা য়ুমগী য়ুম্সুৱেল ওইরবনি সাভিস তৌবদা ফম চাওবা চাওদবা থোইনা খল্লুনু মপানগী নৈতেংনি। মীংশ্নেং অমতং তৌবদা থাউ হেক্তা থোকপা অায় খর নৈবা থবক থিগদবনি। থাগী তোলোপ হায়বসিদি পুর্নিমাগী থাজনি। নোংমা খংঙান ঙাল্লম্নগা সুম সুম হন্থাখিহ্নুনা মাংখিবা অহুগুম্ব নি। মপানগী অায় হায়বসিদি তৎতবা ঈকুংনি মহুনা খোৱাংবা কোকহনবা ওম্মী। তোলোপতি মীনা পীবনি। হেনবা নৈতে। অহুগা

অচারমদি লাইনা পিবনি। হেনগৎনিংঙাই লৈ। নশান্না লাইরিক হৈরবনি। ঐনা অমুক থোইনা তাকনিংঙাই ওইদ্রে। মসিদা রাখলদি মুন্না খনবা তাই। মীশক্তু মুন্না য়েংঙু. মাগী দরকারহুস্তু য়েংঙু। তানজাহ্ন য়েংঙো' অহুদগীদি করি তৌ-ক্ষম থোকই হায়বহ্ন তৌ। অচেংবদা পায়বদি শোয়দনা কান্নরবনি। দরকার ওইদবা মীদা মুকতুনা ফাজিন্নবা হোৎনবদি লুবনি ঐনা হায়রিবসি কাউগনু। মসি-ঐগী পুন্সিদা ফংজরবা জ্ঞাননি"।

পাউতাক অসিগা লোয়ননা মপাবুংনা বোর পীবিরে। বংশিধর হায়বা ইনবা মচানি। মপাগী পাউতাকশিংহ্ন মুন্না তারগা থবক থিবা চংখ্রে। পাক চাউরবা সংসারসিদা পুক্লিং ঈংথবনা মাগী মরুপনি, বুদ্ধিনা মাগী লমজিংবনি মীপান-তাং-দবনা মাগী খোঙলোয়নি অফবা খেনফমদা চংখি। চংখিবগা ইরাই লায়না দারোগাগী ফম ফংঙে। তোলোপস্তু চাউই। অচারমদি করি হায়রুনি ঙমখৈ নাইবা পোং নত্তে। মুন্সি হন্নুবনা মচাগী পাউহ্ন তাবদা নুংঙাইজে। মহাজনশিংস্তু থর তপথরে। কলবারগী (মুন্সিগী মহাজনগী) আশাগী পান্থী তেক-খংলে, য়েনীং হুল্লে। যুমথংনবশিংগী থম্মোয়দদি তিম্মং পাল্লে।

(২)

নিংথমথাগী অহিংনি। খুম পান্নবা সিভাই চৌকিদার পুন্নমক ঙাওহুনা লৈনখ্রে। বংশিধর লাকপাসি থা ৬তগী হেন্দ্রি।

অদুবু তেনপ্পবা মতমসিদা মহাক্কী থবক হৈবা পুক্রিংচুংবা অমদি অরুবা লমচংনা মরম ওইহনা ওফিসার পুন্নমক্না মহাকপু থাগংনৈ অমদি ম্যাবু ম্যাম্না থাজনরে। খুমগী ওফিস অহুদগী নোংপোকলোমদা মাইল অমম্নোম চংলগা যমুনা তুরেল চেল্লি। মপাহুদা হিগী থোং অমা শারি। দারোগা সাহেব অহু থোঙ থিংজিল্লগা নুংঙাইদনা তুম্মি। খংহৌদনা মীকপ থোকঅম্মী মহাক্কা তুরেলগী ঈচেলগী মহুংতা যণগাডীগী গর গর লাউবা মখোল অমসুং হিহোনবা ময়াম লাংবা তারম্মী হৌগংলে। অসুক থেংপ্পবা অহিং অসিদা গানিশিংসি তুরেল খ্বাংমদা কৈদোবগী লাল্লিবনো? নাতৈ চাদবা থবক ওইরম্বা তাই। ম্যুনিফোম শেংচিল্লে। ফুরিংখাউদা পিস্তোল হাপ-চিল্লে। খুদক্কা শগোল থৌহনা থোং মনাক্কা থুংগরে। গারী পরেং অমা থোং লান্দূনা চংখিবা উবে। মহাক্না লাউরকই "কনাগী গারীনো"।

মিকুপ খরদি পুমচিক চিকখ্রে। মীশিংহু তুমিন তুমিন সু-সা, সু-সা রা তান্নবগুম তৌই অহুদগী খ্বাইদগী মাংথংব-হুনা খুম্মী— "পন্দিত অলোপীদীনগীনি"।

"পন্দিত অলোপীদীন হায়বদি কনানো"?

দাতাগঞ্জগী"

মুন্সি বংশীধর ইঙক ঙকই। অলোপীদীন হায়বসি মায়গৈ অহুদা খ্বাইদগী ইকাই খুম্নরবা জমীন্দারনি লুপা লাখ

লাধকী কারবার তৌরিবনি। মী খুদিংমক্ মাগী লমন তোঞ্জবা লৈতে হায়বা য়াই। কারবারস্তু চাউখ্রে। লৈবাক্তা শক-খঙবা মতমগী মী হায়বত্থনি। ইংগ্রেজ অফিসারশিংনা শিকার লাকপদা মাগী য়ুমদা চংঙগা অতিথি ওইরিঘনি। খা ভরানিথোই চাক থাংহনবা লৈরিবনি।

মুন্সীজীনা হংডি—' গাড়িশিংসি কদায়দা চংকদৌরিবনো?" "কানপুর" পাউখুম ফংডি। "করি পোং য়াওরিবগে" অমুকন্সু তুমিন তুমিন লৈখ্রে। দারোগা সাহেবতো য়াম্না চিংনরে। ঙাইহাক্তং খুমকপ্রা য়েংঙগা মহাক্না লাউরকই—নহোয় লোই-নমক নরোল থোক্তবা?" ঐনা হংডিবসিনিনে— করিনো গারি-শিংসিদা হাপ্লিবসে"?

পাউখুম ফংদ্রবত্থদা মহাক্না শগোলত্থ গারী মনাক্তা নক-শিল্লগা মথুংনা মাহুনা য়েংঙে। চিংনবত্থ ওইরে। থুমগী মতুম ঙাক্তা ওইরমলে।

পন্দিত অলোপীদিন মহাক্কী নিংথিনা শেম শারবা দোলাই অত্থদা খর তুম খর হৌগৎ তৌত্থনা তুংদা লাকঅম্মী। গারি-য়ালা খরনা য়াম্না পাখংনা চেল্লম্না তাকউরে— "মহারাজ ! দারো-গানা গারীমখৈ চংহনদ্রে অত্থগা ঘাততা লেপতুনা লৈরগা মহারাজবু লাকউ হায়রি"।

পন্দিত অলোপীদীন লখমীজীবুদা চেংনা থাজে মহাক্না হায়রিবনি —"পৃথিবীসিদদি লায়রদনা স্বর্গদা কাওবা লখমীনা পাল্লিবনি। মানা হায়ববু অশেংবনি ন্যায়-নীতি পুন্নমক লখমীগী

শান্নপোংনি। মানা পাম্না মওংদা জগোয় শাহন্নিবনি। হিপ্পা হিপ্পা ম্নাম্না কন্না হায়রকই—"চংসি চংলো-ঐ লাক্কে"। হায়রত্নুনা পন্দিতজীনা পানা মতপ অহু শেম্ম;না চারে অহুদগী কাম্ব অমা ইল্লহনা দারোগাগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রম্মী বাবুজী অশির্ব্বাদ, তাকপিসি, ঐখোয়দগী করম্না অশোয়বা লৈহনা গারী থিংবিরিবনো? ঐখোয় ব্রাহ্মনবুদি মুংশিবিকম থোকইনা?

বংশীধরনঃ খর য়াক্না হায়— "সরকারগী হুকুমনি"।

অলোপীদীন্না নোক্লুনা হায়রম্মী— "ঐখোয়দি সরকারগী হুকুমস্সু খংদে, সরকারস্সু খংদে। ঐখোয়গী সরকারদি নহাক্কি। নহাক্না ঐগদি ইমুং মমুংগী ৱাকমনি। ঐ কদোংউদস্য নঙোন্দগী লাপথোকপা, মরী লৈনদবা য়াগদ্রনে? নহাক্না কৈস্সু নত্তবদা ৱাবিরে। ঘটসিদগী লানবা তাবদা ঘাট লাইংস্নীদা খন কৎলমদবা য়াবা হৌনদে। ঐ ইশামক নহাকী মনাক্তা লাককদবা লৈরিবনি"। বংশীধরদো মতীক মগুন থাগৎপগী বংশী নখোলহনা শুমহৎপা উমদ্রে। মহাক্কি অচুম্বা পাম্নগী হৈথিংবা আশানা থুমহংলিবা নগানি মথা চিক্কনা হায়রকই—"ঐ অসে পৈশা লিক্কোন্না লয়বা য়াবা নমকহরাম (তৌবিমন হাংপা) অহুগুম্না মী নত্তে। হৌজিক নহাক হাজোক্তা লৈবা তাই। মোংঙাল্লগা কানুনগী মতুং ইন্না চালান তৌনি। বস, ঐ ৱা য়াম্না ঙাংবগী মতম লৈত্তে। জামাদার বদলুসিংহ! মসি হাজোকতা থমজিল্লো। ঐনা হুকুম পীরিবসিনি?

পন্দিত অলোপীদীন পুমঙক ঙকখ্রে। গারীরালাশিংস্থু য়া-য়া লাংলরে। পন্দিতজী পুন্সিদা মীনা অয়াকপা রাহৈ হায়বা অতুগা অসিগুম্বা ব্যবহার তৌবসি হন্দক্কা অহানবনি। বন্দলুসিং চংশিল্লক্নে অহুবু মতিক মগুন অহু উবদা মখুং পায়বা ঙমদ্রে। পন্দিতজিনা অসিগুম্বা ধর্ম্মনা লনবু মীরায়বসি কয়িগুম্বদা থেংনখিদ্রি। রাখলদি তৌই। নহানি অঙম-অরাই খঙদ্রিবা পাথংনি। কল্লক-মিহৌবগী লাংদা অমুক্তা থুদ্রিবা অঙাংনি ইকায় ইকিগী রাখল নৈবপোংনদ্রি" মহাক্না য়ামনা তোম্নবগী ভাবতা হায়রকই—

"বাবু সাব। তৌবিন্নু, ঐ মাংবা তারে। ঐগী ইজ্জৎসি পুম্মাং মাংবা তারে। ঐবু ইকাইবা পীরগা নহাক্কী করি কান্নগনি ঐ অসি কদৌঙেদস্নু নহাক্না হায়বদগী হেন্দোক্কদবস্ত নত্তে"।

বংশীধরনা কন্না খুম্মি —"ঐ অহুম্বা রা তানিংদে"। অলো- পীদীন্না পাম্নে ওইজরম্না নুংপাক অদো খোংখাদগী নাগুখিদোরে। অচাওরোন অমম্ভুং লন থুম অনিমক চৈক্নু ফংঙে। অদুমকপু শেলগী মশিং য়াম্নগী শক্তিদা থাজবা শরদি নৈরি— মহাক্কী কেসিয়ারদা হ্লায় ললাজী লুপা লিশিংগী মোট বাবু সাহেবতা কংলু। হৌজিক্তি মহাক্তি চয়াম্নবা নোংশাগুম্মনি।

বংশিধরনা শাউহুনা হায়রকই— লিশিং অমা নত্তে লাখ অমা ওইরবস্থু ঐবু অচুম্বদগী ইম্মোকহনবা য়ারোই ধর্ম্মগী অপঙবা রারেম্না অমম্ভুং লাইমক্লস্থু ঙম্রদবা ওইজবা থাদোকপগী

মতৌ অসিদা শেলনা য়াম্না শাওরে, লখমী ঝাদ্রৌরে। হৌজিক অচুম্বগা শেলগা শক্তি অনিসি লাক্লেংলরে। শেলনা চোংখৎ চোংখৎতুনা ফুজিল্লি লিশিং অমনা ফুজিনবদা য়াদবদগী মঙা, মঙাদগী তরা, তরাদগী তরামঙা, তরামঙাদগী কুন য়োরে। অদুবু লনগী মশিং য়ামখ্রবা লানমী ময়ামসিগী মমাংদা চীংগী মতৌগুম্না ধর্মনা মথন্তা মথোনা হনবা লৈত্তনা লেংদনা লেপত্রে। অলোপীদীননা আশা কায়রতুনা হায়রকই— মসিদগী হেন্না ঐ হায়নিংদ্রে। মথংসিদদি নহাক্কী নতিকনি অপান্বত্তুদা তারে।

বংশিধরনা মাগী জমাদারদা শাওরে। বদলুশিং পুক্লিংদদি দারোগাবু চৈরতুনা অলোপীদীনলোমদা চংশিল্লে। পন্দিত পাখৎতুনা খোংথাং অনি অহুম তুংলোমদা হল্লি। য়াম্না হুন্তনা হায়জে— "বাবু সাব ঈশ্বরগী নমাদা ঐবু অমুক্তা থৌজানবিয়ুবা! লিশিং কুনগামঙাদা ঝাসি লোয়শিন্নরসি"।

"ওইথোকওইদবা ঝানি মদু"
"লিশিং কুন্থ্রাদা ওইহনবিয়ু"
"সুপয়া য়াররোই"
লিশিং নিফুদস্লু মম্বাররোইদ্রা ?"

লিশিং নিফু নত্তেনে, লাখ নিফু ওইরবস্লু য়াররোইনে, বদলুসিং মী অসি হৌজিকমক হাজোক্তা পুশিল্লো। মাগী ঝাহৈ অমফাও ঐ তাররোই।

থর্ম'না, (অচুম্ব) লনবু নেংখায়রে। তাহুংলে। অলো-
পীদীন্না মশা করবা নিপা অমনা য়োংহৌ কোংহৌ পায়রুনা
মঙোন্দা পুনগদবগী তৌবহু উরে। মায়গী মন্ত্রিমক্তা নিংঙ্গা
কায়বা অমদি মতেং খৌরাংবগী মিংয়েংনা লৈয়হনা য়েংজরম্মী।
অহুদগী রাম্বত্রে।

সংসারগী মী পুম্নমকতি তুম্মী। মীগী মচিন্দি তুমদে।
নোংহেক ভানবগা নহা-অহল পুম্নমক্কী মচিন্দা রা অসিদমুক
ভাংনত্রে। মী পুম্নমক্না পন্দিতজীগী লমচংকী মরমদা তুকা
থি-থিহুনা ভাংনরম্মী, নিন্দাস্তু তৌরম্মী, সংসার অসিদগী
পাপীগী পাপ পুম্নমক লোইরে। ঈশিংবু শঙ্গোম শাহুনা য়োনবা
থালা, অশাবা হিসাব উংপা অফিসারশিং। রেলদা টিকেৎ
য়াওদনা তোংবা বাবুশিং, অরানবা দলিল শেম্বা মহাজনশিং
পুম্নমক লাইগী মুর্ত্তিগুম মঙকতমক হাইনরম্মী। মথংগী নুমিংতা
পন্দিত অলোপীদীন মীকা ওইহুনা পুলিসকী সিফাইশিংগা
লোয়ননা মখুংতা য়োংহিং চল্লি, থম্মোয়দমা অরাবা রাখল
অমসুং অশাউবগা লোম্নৈ ইকায়মনগ্রহুনা মকোক লুকথহুনা
কোটলোমদা লাকলে। মতম অহুদা সহরগী মী পুম্নমক পুমলাং
ল্যাংনত্রে। মেলাদফাওবা মীয়ামগী মমিংসি অম্মুক য়ামনা
লাংতক্করম্মোই। মীনা য়াম্না তিনমনগ্রহুনা য়ুমথকা ফক্লাংগা চপ
মান্নত্রে।

অহুবু অদালংতা থু বনবু কোলহৌই। পন্দিত অলোপীদীন
পাক চাওথ্রবা মীয়ামগী উমং অসিগী নোংশাম্নি। ওফিসার

পুন্নমক মাগী ভক্তনি। অতৈ থবক তৌবা অয়াম্বা মাগী সেবক্তি উকিল-মুখতার পুন্নমক মাগী য়াথং ইনবা ভাক্তনি। চপ্রাসী অর্দলীনচিংবদি মাগী মমল তিংদবা মীমাই ভাক্তনি। মহাকপু উবমক্তদা মায়কৈ মরিদগী মীয়াম চেন্নরাক্ল মীয়াম পুন্নমক পুমণ্ডক ভকখ্রে। পন্দিত অলোপীদীন্না করিগীদমক অসিগুম্বা থবক তৌরিবনো? হায়বগী নত্তে কানুনগী লাংদা কয়মনা থুজিনখ্রিবনো হায়বগী মরমদা ভক্লবনি। লন-থুমস্থ, তৌনিংবা থবক তৌবা ভন্নবা লৈবা, ৱাঙাং শঙাংস্থ হৈবা অসিগুম্বা মীসিনা করম্না আইনগী লাংদা থুরবনো? মী খুদিংমক মহাককীদমক মুংঙাইরমদে। য়াম্না থরায় য়াওনা উকিল লান্মী কাংবু অমা লাংজংনবা শেম শাখ্রে। ন্যায়গী লমজাওদা লানগী থৌরাং তৌরগা বংশিধার তুমিন্না লেপ্পী। মাগী হায়ববু অচুম্বা নত্তনা অতৈ পাঙ্গল লৈজদে অশেংবা হায়বা নত্তবা অতোপ্পা খুংলাই য়াওদে। সাক্ষি লৈ অহুবু শেল পাম্বনা সাক্ষিশিংছু অরেপ্পা লৈতে।

মুস্লিজীগী অচুম্বা হায়বা পোং অহুমকস্থ মঙোন্দগী খজিক থরাক চংথোকখিবগুম তৌখ্রে। ন্যায়গী দরবারনি। অহুবু কম্নাইবশিংগী মরক্তা মীচং মীথায় নায়বগী ময়াই অমা শন্দোক-পগুম তৌখ্রে। অচুম্বগা মীচং মীথায় নাইবগা তিন্নবদি য়াবপোং নত্তে। মীচং মীথায় লৈবা মফমদা ন্যায় লৈবা য়াদে। কেশ অহু য়াম্না 'ধুনা লোইরে। ডিপুটি মাজিস্ট্রেটনা মাগী ষ্টেট-মেন্টদা ইরে—"পন্দিত অলোপীদীনগী মায়োক্তা পীরিবা প্রমাণ

পুন্নমক য়ুম্ফম য়াওদবা অমসুং লান্না উবা ঙাক্তনি। মহাক্তি য়ান্না অচৌবা মীনি। মহাক্না লল-থুম খরদং কান্নবনি হায়-দুনা অসিগুম্বা নত্তবা থৌশিল তৌরম্মোই। অদুমকপু দারোগাগী বংশীধরগী মরাল পংলৈ লৈতে। অরাবদি মহাক্কী অঙম-অরায় খঙদবা অমদি য়াখল খন্নবা য়াৎপনা মরম ওইদুনা ভদ্রলোক অমা অরাবা খাংবা তারিবসিনি। ঐখোয়না নুংঙাইবা অমদি মহাক্কী খবক্তা পুক্লিং চংবা মতম লৈবাখিবিক্তা মিৎ-না শিংবা অসিনি। অদুবু থুমগী ওফিস অয়াম্বনা পুকচেল শেংনরকপনা মরম ওইদুনা মহাক্কী য়াখল অমদি লৌশিংদু অরানবা ওলহল্লে। অদুনা য়ত্তুংসিদা মহাক হৈশিংনা চৎপা তায়।

ফায়সলা (য়ায়েন) অসি তাবদা উকিল পুন্নমক হয়াওবনা চোংখৎনখি। পন্দিত অলোপীদীন মোমোন নোক্তুনা থোরকই। ইমুং মনুংগী মীশিংনা লুপানা হেক্তা হৈজিনগ্রবনি। অমদি মরুপ মপাং ময়াম্না পুকচেল চাউবগী সমক্রু ঈথৌরকলে। মদুগী ঈথক্তা অদালতকী য়ুম্ফম ফাওবা নোম্মে। বংশীধরনা থোরকপদা মায়কৈ মরিদগী কবেল্লবা য়াহৈনা তাবা হৈবা ঙম-খিদ্রে। মঙোন্দা নোম্থ নোম্থদুনা সলাম তৌরম্বা চপ্রাসিশিংদু ফাওবনা অয়াকপা য়াহৈনা করেম্নবা তাবদা মহাক্কী নাপনগী মৈদু কন্না চাকখৎলি। করিগুম্বা মোকদ্দমা অসিদা মায়পাক্লা ঙম্নবস্ মহাক্লা অদুম হায়না নাপন তৌরম্মোই। ঙসিদি মহাক সংসারগী অঙকপা অমদি য়াদবা ঙমদ্রবা গ্যান অমা ফংলে—

অচুম্বগী কানুনগী, ল ইরিক হৈবগী অরাং অরাংবা দিগ্রি পায়রিবা মক্কে ই শাংবা ফুরিং অচোনবা লিংলিবা পুম্নমক অমত্তা খাজবা য়াবা ইকাই খুম্নবা য়াবা য়াওরমদ্রে।

বংশীধর লনগা য়েক্লবা ওইরুরে। মহাগী মমলহু শিংবা তাই। উচিন্না হাপ্তা অমদি লেনখ্রে। খবক থাদোক্লবগী হুকুম পুংগুরে। খবক্তা থরায় য়াওরুবগী দন্দি ফংবা তাখ্রে। খম্মোয় কায়না নুংঙাইতবগা লোয়ননা য়ুমদা হল্লকপা তারে। হন্নুবা মুন্সিজীদী হায়না খংগুহনা রা ঙাংবা হৌখ্রবনি। চংলমদাইদা অহুক নীংথিনা তাকখ্রবহুবু মহাক্কা লোঁদবা। মনিং মথা তৌবা ঐনা কারবাররালাশিংগী শেন্থৌখোল থাংগি। হন্নুংদা ভক্ত ওইহুনা লৈজরগে খনবনি। তোলব ঙাক্কা চাবনা কৈদৌনি। ঐস্পু নোকরী তৌরকইনা। ফম অচৌববুদি নত্তে অহুবু খবক্তি ফক্কনা অহুম তৌই। মাদি মবুক শেংবা শারুবা শাগিয়ে। ইমুংদনা মম্মগা লাইশঙদা থাউমৈ থাল্লহুনা কৈদৌনি? অসিগুম্বা বুদ্ধি ওন-তৈনবা লৈবসি অরাবগী মশক্তি। লাইরিক লাইগু তম্মূবা পুম্নমক অরেমবা তাবে।

মুমিং খরগী মতুংদা বংশীধর ফিভম শোক্লা য়ুমদা হল্লকএ। হন্নুবনদি পাউ তাবদা মরাইবক খুত্তুম্না গুরম্মী। হন্নুবনা হায়— "নকোক্তূম্মু ইকোকসিস্মু থুগায়নিংবনি"। ফনা বুইনা নীংঙম-দনা খুংশা প্রোক প্রোক থেক্কূনা থাঙম্মী। শাওহুনা খীনা চৈবস্মু য়াওরে। বংশীধরনা থৈদোকহুনা লৈরমত্রবদি মওং চাদবস্মু থোকপা য়াবনি। মমা হন্নুবীম্মু য়ামনা নুংঙাইরমদে।

জগন্নাথ অমসুং রামেশ্বরম চৎকনি নীংজরম্বা আশা কায়রে। মাগী নু ৗদি কৌবকাও খুম্মদে।

হাপ্তা অমা হৌত্রে। মুমিদাংবাই তাঙ্গানি। খুনুবা মুন্সিজী রাম রাম শোন্দুনা মালা চংলম্মী। মতমতুদা থোঙ্গান্দা য় য়া নিংখিনা লৈতে ডবা দোলাই অমা থায়রে। অশংবা অমসুং শুলাব মচুগী পর্দা থাদে। দোলাই চিংবা মন জেরাতুম্ নোং-চুপলোমনা ফজবা জাৎনি। মডক্তা শংবামবা লীক শীবী। মচি অনি অনিমক পিথ ইগী লোংথুম তোপ্পী। মনাই কয়ামুক লেং-বান্দা চৈতুপ হাপতুনা ডাকই। মুন্সিজী শুমাং মতোনলোমদা চেন্থোকই। য়েংঙ্বদা পন্ডিত অলোপীদীন ওইরম্মে। নোঙ্-তুনা খুরুম্না অতুগা থাগৎচরতুনা হায়বকই— নহাক্তা লেংবী-রকপসিনা ঐগী ইরাইবক ফরবনি।" নহাক্তি ঐখোয়গী পুজা তৌনিংডাই ওইবা মীনি, অদুবু নহাক্না মিংচং থীজিল্লিবসি খল্লুবদা নমাংদা ইমায়সি করম হায়না উৎসিগে। মসি ইচা ফত্তবা পোকপগী মহমনি। নত্রবদি অদোমগী মাংদা কবিগী ইমায়সি ফিরুক খুম্গদবনো অসিগুম্বা ইচা পোকপগী মত্থংতা ইশ্বরনা ইচা লৈতনা থম্বিবনা ফৈ।

অলোপীদীন্না হায়—"নত্তে, নত্তে, ভাই সাহেব, অদুম হায়বিনু"।

হন্দুবা মুন্সিজীনা ডক্তা হায়রকই —"অসিগুম্বা ইচাগীদমক্তি অসি হ য়ত্রবদি করিবু হায়নি ?

অলোপীদীন্না য়ান্না নুংশিনা হায়রকই—"শাগেগী মৈতাল অরাবা, নিপা ওইবা জাংকী মিংচংপু লংখংহনবা, সংসার অসিদা অচুম্বা ধর্ম্মগীদমক মশাগী ওইজবা পুম্নমক কংথোকপা ঙম্বা মথৌ খংবা অসিগুম্বা মী অসিবু কয়া লৈরমগদগে ?"

পং অলোপীদীন্না বংশীধরদা হায়রকই— দারোগা সাব ! মসি থাগৎশিন্নবনি খনবিগন্নু। থাগৎশিন্নবরগীদমক ঐনা অস্থুক য়ানা লাকপা হৌনদে। নহাক্না ঐবু নহালগী নুমিদাং অহুদদি আইনগী পাঙ্গন্না হাজোক্কা থাজিনবনি। ঙসিদি ইখোংনা থোংনা নহাকী হাজোক্কা লাকঅবনি। ঐনা ইনাক খুনবা মকম চাউবা ফন্নাইবা লিশিং কয়া উরে। ওফিসার লিশিং কয়াগা থবক তৌমিন্নরে। অহুবু ঐবু মায়থিবা পী খিবসি নহাক নথক্তনি। ঐনা মী অতৈ পুম্নমকপু লম থুম পৈশা লিক্কোনগী পাঙ্গন্না মীনাইগুম শিজিন্নপ্রবনি। ঐবু নঙোন্দা য়া খজিক্কুং হঙ্ৎচবা য়ানবা য়াথং পিবীয়ু।

... বংশীধরনা মশাগী চাউথোকচবগা লোয়ননা অলোপী-দীনবু স্বাগত তৌই। মহাশয় অসি ঐবু ইকায়হনগে অমসুং থোইশাউহনগে লাকইমাল্লে খল্লি। হায়জ নোনজবগী মতৌ করিমতা উৎতে। মহুগী মহুত্তা মপানা অলোপীদীন্দা থাগৎ-খিবশিংহু ভাবদা য়ান্না নুংঙাইরমদে। অহুবু পন্দিতগী য়াঙাং অহুদগী নুংঙাইতবহু কাওবদি কোকক্রে। পন্দিতজীদা য়েংঙি। চান্নবা নুংশিনবগী শক্তম উই, নাপনহু ইকায়বগী মমাংদা মমায়

লুকথখি। হঙ্গোইরপনা হায়রকই---"অদোম্না ভাকপিরিবসি পুকচেল চাউবগী খুদমনি। ঐনা থর ওন্ন বহুগীদমক ভাকপি-গনি। ঐস্থ ইথৌ অহুনা পুনখিবদগী তৌখিবনি। চুম্নদি ঐ অসে অদোমগী প্রজা অমনি য়াথং পিবিয়ু হরাও হরাও ইনগনি।

হৌথিবগী নুমিৎতা তুরেল খোংবান্দদি ঐনা হায়জবা পুন্নমক কাউথোকপিথি য়াবিখিদে। ডসিদি 'শোয়দনা য়াবিদবা য়াদ্রবনি।

বংশীধবনা হায়—"ঐবু করি ইতিক লৈহুনা? অহুবু ঐনা তৌবা ওস্না মতাংদদি অরাংপা লৈতনা পাংথোকচনি।

অলোপীদীন্না ষ্টাম্প নস্না চে অমা পুথোরক্লে অহুগা মহু বংশীধরগী মমাংদা থম্মগা হায়—"কম আস লৌবিদবা য়াদে লৌবিয়ু অহুগা শোই অমতা তৌবিয়ু। ঐ ব্রাহ্মণ্নি। হায়রিবসি য়াবিদ্রিবা ফাওবা থোডফদগী লেংডরোইদবনি।

বংশীধরনা চে অহু পারে। তৌবীমলনা হেনমনখিবনা মমিৎতগী পীরাং শিন্থবা খংহৌদে। পন্দিত অলোপীদীন্না বংশীধরবু মাগী লৈরিবা সম্পত্তি পুন্নমক্কী লেওদবা মেনেজরগী কম হাপলম্মী। চহিগী তলব লুঃ লিশিং তরুক্লি। তোলোপকী মথক্তা নীতিগী খরচ, তোংনবা শগোল মমল তিংদবা বাংলা, মীনাই-মীশল লোইনা মমল তিংদনা পিগনি। মখোল নিক্লা নিক্লা হায়রকই—পন্দিতজী! নহাক্কী অসিগুম্বা পুকচেল চাউবসিগী থাগৎপা ওস্না ইতিক লৈজদে। অস্থুক চাউবা কম অসি ওইবদা মতিক চাজদে।

অলোপীদীগী মোক্কুনা হায়রকই— ঐনা পাম্বিবসি মতিক চাংদবা মী অমক্কনিনে।

বংশীধরনা য়ায়া চাংলম্না হুম্বী— "চুম্বুদি ঐ অসি-বরাই-গুসনি। নহাক্কুম্বা মিংচং লৈরবা অচৌবা মীওই অমগী শোরা তৌরদি ইরাইবক ফবগী রানি। অদুবু ঐদি বিদ্যাসু লৈজদে, বুদ্ধিসু লৈজদে মহু মেরথংনবা গ্যানসু য়াওজদে। নহাক্কী কম অচৌবা অসিগীদমক য়ায়া গ্যান লৈবা অথেবা মীওই অমগী দরকার ওইবনি।

অলোপীদোম্না কলম থমফমদগী কলম লৌথোক্লে। বংশী-ধরগী মখুংতা পীরগা হায়রকই— "ঐনা থবক হৈবা গ্যান লৈরবা লাইরিক হৈবা অশিংবা মী পাম্বগী রা নত্তে। অহুগুম্বা মী কযা তিম্নরক্লবনি। অহুগুমবা গুন অহু ঐ মুন্না খংঙবা মীনি। হৌজিক লাইবক ফবা তাঙ্গা চারুবদগী মনি মুক্তা অমা লাইনা পিবীরে মহুগী মমাংদা লাইরিক হৈবা গ্যান লৈবা অশিংবা পুম্ন-মক অরেম্বনি। অহুনা নিংজিং মাংজিংনবা তৌদনা চেদা শোই তৌবিরো। ঈশ্বরদা ঐনা খুরুমজরি — মহুদি মতম লৈবখিবিক্লা নহাক অসি, নুহান তুরেল মপানগী অঙম-অরায় খংদবা, মীশক মীমায় য়েংদবা, তৌগদবা মথৌগীদমক্তা মুঙগুম্না থম্মোয় কন্নবা দারোগাদো ওইদুনা লৈসন্নু।

বংশীধরগী মমিংতা অপি তাবুম্বী থম্মোয়গী পাক্রহনা পিক-মনবনা অচৌবা পৌজালহু হাপ্লা চনুখিদ্রে। পন্দিতগী রোমদা লুংশিবা অমসুং থাজবগী মিংনা য়েংঙম্বা মখং নিক্লা নিক্লা মেনেজরগী মমাংপচোদা শোই তৌরে। অলোপীদীনা হরাওমম-গদুনা মাবু কৌক্লম্মী।

# C. N. PUBLICATION,

## IMPHAL

না ফোংহনরবা ঃ—

১। অকবর বীরবলগী লৌশিং পুক্কৈ

মমল লুপা ৭·০০

২। পৃথিবীগী খনগংলবা য়ারী তরা

মমল লুপা ৮·০০